গ্রেজুয়েট কোবা লাইরিষ্ক মচ্চা অসী

ইমা স্বর্গীয়া রাজ কুমারী

প্রাবলম্বা দেবোগী

খুবাক্তা কচ্চে।

আনন্দমোহন

# লীলাগী মীশকশিং

নীপা :—

১। গৌরমণি —লুখ্রাবী মচা ইনাকখুনবা খর ভোনানবা পাখং
২। ইবোতোম্বী—গৌরমণিগী মরুপ
৩। কেশো — " "
৪। কুঞ্জ —শেখরগী মমা ছিমদবা মনাওনীপা
৫। শেখর —কুঞ্জগী মমা তিমদবা মরাম্বা
৬। কালা —কুঞ্জগী মরুপ, শেখরনা থাজবা মীশক
৭। ধনসিং —( পাজি )
৮। চাউরু —গৌরমণি মমাগী মীয়ার চল্লবা নীপা
৯। কহ্নাই —কুঞ্জগী মমাপা পোকাম্মবা মামা
১০। লালহরি —কুঞ্জগী পোৱাচিদা লৈমিন্নবা ছত্র মরুপ
১১। মারুপাক — " " " " "
১২। মিংতাওবা অমা
১৩। লৈকাইগী চোকদার অমসুং মীয়াম

নীপী :—

১। বিনোদিণী—ছাত্রী…তোনশিজগী মচানুপী
২। তোনশিজ —বিনোদিণীগী মমা
৩। বিধুমুখী —হয়ককুনা লৈবা মো অকাওবী

---

# ৱা অমা অনীদং

গ্রেজুরেট কোৱা লাইরিক মচা অসি সামাজিক নাটকনি। সামাজিক নাটককী উদ্দেশ্যদি সমাজ-সংস্কারনি। মরম অসিনা লাইরিক অসি সমাজগী অবস্থাদা তোংগন ইবনি। অদুগা রাকম অসি হন্জকপা চহি ৩০গী মমাংগী লাইরিকনি। অদুবা লাইরিক মচা অসিনা উংশিবাসি [ Diplot তোক্লিবনি ] চহি ৩০গী মমাংগী হায়বদি ই শোক ১৯৩৮-৩৯ অংরাইগী মণিপুর সমাজ অবস্থদা তোংগন ইবনি। খুৎকী কন্ত্র মতম অথুপমক্তি। শেমদোক-শাম্দোকপা তোকদনা লৈখ্রবা অদুম লেংলে। মতম অদুদদি পোক্নি বা, পোক্রগস্রি হাক্ক চাউরিবা ছুম্জিকা মচৌবা তোঙব লেখকশিংনা সমাজ পোচনাগী কনম হেক পায়খৎলকপা ব্রকম খরদংসি মাতুদা খাবিগনি হায়না আশা তোৎতে মতম অদুদা ঐতিহাসিক নাটক খরদং অনুবাদ ওইনা লেরম্মবসু মশাগী ওইবা (original) সমাজিক নাটক মশীংদি খুৎ থেক্না খাবদা খুৎচনা লেমহৌরবা মতমগী লাইরিকনি।

অনীশুবদা, লাইরিক মচা অসীগ কোমনা লাইরিক খর খুৎই ওইনা (পাণ্ডুলিপি - Manuscript) তাদুনা লৈ হায়বসি হন্দক্তা ঐগীসু ছত্র ওইরম্বা ঐবু মুংশিলবিবা শামপঙ শ্রীকৃষ্ণমোহন সিংহনা তারনা লাইরিক খরসি পুথ্রগা থুনমক লাইরিক ওইনা ছপ নথনা মশং মথং পুখোরকলে। ঐগী আত্মানো মহাকপু ধন্যবাদ তৌরবাসদগী হেন্দোক্কুনা চৌরোনবা বাহৈনা মাবু করি অমুক হায়নগাই লেত্রে।

আনন্দমোহন

# গ্রেজুয়েট



## অহানবা মতাঙ ১বা উংপা

### তুরেল মপাল—নুংথিল

গৌরমণি—ওসিদি নখোই অনিদা রা অমতা হংগে চুম্না হায়কো (চুরুট চম্বা

ইবোতোম্বী করি হায়গদৌরিবনো ভাই ! মানা ঐখোই অসিবু…

কেশো—হেরা করিবু কান্নগবনো, মাগী মথৌ লৈত্রগা ঐখোই অনিদা পঙ্গাং ঙাঙবা অসিমগাই—করি কান্নগবনো মতা মতা য়েংঙ্গনা পংথুম মথুম্মু (মমিৎ খংপা)।

গৌরো—চুম্না হায়ুকো—ঐ অসীবু লাইরিক তম্বা হৈখিগদ্রা ?

ইবোঃ—তো তো নংনা হায়বদো তৌরেনহাই-কেশো, অসীবু মীনা হায়বা ওম্বা হৌনবরা হায়বা রানি—ঐনা "করি হৈতদগে হায়গনি, অতুদা নংনদি লাইরিকনি হায়বা করিমতা ঙৈরাই-দেদো পাড়া ফাদেদো সুমিৎ চুপ্পা স্কুলদদি লেপ্তুনদা লৈদো লেপ্পা রারে হায়রগা মপান্দা, পায়খানা ময়াদা, অসিদা করম্নস্ু নংবু লাইরিক হৈগনি হায়সিগে, হৈরোই হায়সি নংনদি হায়গদৌরি—"পাঞ্জিনদি ঐ অসি বিদ্যা য়াম্না লৈ

মস্থন্না তৌবসি নংগী মহৌশানি। অত্তবুনে ঐগীদি হায়বি-রগে - নং অসি লাইরিক সুপহৈ হৈররোই লাইরিক তম্বা তোক্তনা থবক অতৈ অতৈ তৌবনা নংগী কান্নরগনি।

গৌরমনি—হা-হা-হা চুম্মিনহাই ইবোতোম্বী ব্লাতা চুম্মে হায়বনি — হা কেশো, নংদি করি হায়রি ?

কেশো — তৌন্নদা গৌরো ঙায়খোদা খরা মহোৎনৌদা গৌরোমক্কে ইবোতোম্বীগী মথৌজম্নে ঙাইখো নংবু লাইরিক তম্বা তোক্লগা করি তৌগদগে ? ভুক থল্লু ইবোতোম্বী ! নংসুনে থুর্জ্জী চুন্না শেন্নৌদা ঐনবু কবি হায়গদগে ঐনা অমা হায়গনি নবানিনা নাকপাক ১দা হেক মরেপকনি, তিন্নদবস্থ ঙমদা ঐদি য়াম্না ন্থংঙাইতবকাস্থ য়াওখ্রবপোৎনি। নংদি ক্লাশ নাইন চিঃ লাউনা কাবতা মঙাইরি অদুদা তোক্লগা করি তৌগদগে ?

ইবোঃ - চুম্মিনে কেশো নংনা হায়রিবদো মাগা লাইরিক তম্মিন্নব-সিদি, হৈবা হৈতবগী তরাইথোক্নি চাবা থকপবু য়াম্ন ফংখ্রেদা ঐখোই পৈশা অমত্ত তিংদবা য়াইনেকো নত্রা ? ঐখোই অসিনদি মীওং অমনিনা ঐগী ওইজবদো থাদোক্তনা ইপুক্তা লৈবা থাঙ্গেশেংবা মীগী ফরগা লোইরে হায়বত্থ খন্দুনা কোক হেক মহায়রুরিবনি হায়গুম্মদনা গৌরো ভাই লাইরিক তমমো হাই।

কেশোঃ—ইয়্যা য়্যা ন্থংঙাইনে-ন্থংঙাই হায়বা ব্লানি. মী ফবসী নংনা মরোইরে হায়, ঙাইখো করি হায়বা "গৌরোনা লাইরিক

তম্বশি ঐখোইগী য়াম্না কান্নে, পৈশা অমতা তিংদে” ইম্মাই-পেম্মা মীনা তারগা করিনি হায়গদগে মখোই অনি অসিনা গৌবো মাংহল্লে হায়রোইদ্রা ? গৌবমনিবু ঐখোইনা থেম-দোক্ত,না চাথোকপিরবোইরে হাযবোইদ্রা ?

গৌবঃ—হেবা ওম্বোক ওম্বোকপা ঐবু অঙাংদৌনা……

কেশোঃ -গৌবো ! নং অসি লুখ্রাবীনা য়োকপগী লম হেনবা হায়বদু লম য়োবে হায়, হায়বিগে হায নশানা ব্রাখল তৌজো ব্রাখল থেল্লবদি ঐখোই য়াম্না চোপকদৌবিবনি। নংবু থা-নবস্তু ঙমদে নং তিন্নবদগী ঐখোইস্তু চৈরাপ পঞ্চাই অমুক্তং কাবা হাযবদু থোকত্রা হায়দনা থাঙ্গে শেংনা চিংনবিবনি ঐনা হায়বিবসে নংবু সুংশিবদগী হায়বিরিবনি য়েরুতুনা হাযবা নত্তেকো—মমাংঙৈদস্তু ওম্বোক ওম্বোকপা ব্রা য়াম্না হাযখ্রেনেকো তৌন্নকো।

গৌরঃ—নখোইনা তিন্ননিংদে হায়রগা হেক মতিন্নদবা অতুমঙাই। ওক্তবা ঐগা তিন্নবদগী নখোই মাঙবদি য়াদে ঐনা ইকাইদবগী থোকইবনি। ঐননে নখোয়বু হংবদা লৈন লৈন নখোইগী খুড়াখোই ইন্দোনখোয়না ঐগা তিন্নরবদি মাঙবা তারে হায়দনা লৈতেককা হায়দনা খুম্বা অতুদা নখোইনা ঐ সুংঙাইগ্ররোই হায়দনা লম্বী অমরোমদা লাক্ত,না উনরবা অত্তুককা খল্লুরবদি ফনা য়াম্না ইকাইবা য়াবা থবক্নি। ঐনা নখোই অসিবু পিশক পীকঙৈদগী তিন্নরকপা অতুগা তম্মিন্ন-রক্লবনি হায়তুনা “ইবোতোম্বী” “কেশো” হায়রুবদনি।

খঙলে ঙসিদগী নখোয়গা ঐহাক্না শঙ্গ তৌজররোই ইপা ইপূ নরোক তাগে কণ্ঠি মালানা সাক্ষি ওইসনু ঙসিদগী হৌদুনা……… ।

ইবোঃ—হঁ হঁ ঙাইখো ঙাইখো কেশো নং ভাব তামনগ্রে, ব্রা ইকাই-কাইবা তারে- ঐ এং হায়গে তাখো,

কেশোঃ—গৌরো নং শাওরমাল্লে। নংগীদমক হায়বনিনে নংবু লাইরিক খরা তমহন্নিংদনা হায়বনি নংনবু তমনিংদ্রবদি করিবু তৌগদগে লাইরিক তম্না তোক্লগা কবিবু নৌগদগে ?

গৌরোঃ—করিস্ত শাওদেনে নখোয়না নুংশিদুনা হাযবনি হায়বা ঐ খঙজি। হৈগনি হাযবা ইশানা থাজদ্রদুনা ঐনা হায-জবনি। করি তৌরুগনি যুম পান্দুনা লল্লোল ইতিক তৌরগা মী ওইনবা হোৎনবগনি অসিনিদনা

কেশোঃ—এঃ এঃ ঙসাইনা হুপী থিনিংঙে হায়দনা তশেং তশেং হেক হায়রবদি হেক মফগদবা। অদুদি নত্তনা ঐখোয়দা খরা নল্লগা থবক তৌগে তৌবা অদুদা ঐখোয়সু চাক খরা চারিবনিনা মীওইবগী ব্রাঙাং ওইনা খরা ঙাংবা অদুদা নঙোন্দা য়ান্না তায়োন্ননা থোকউরমাল্লে করিস্তু লৈতে হুপী থিরগা লাইরিক তম্বা কোঙ্গায় অমা য়াওরি। মানা মানা নীংবা থুংবদগী থবক পাংখিবা কোটি অমা য়াওরি, লাইরিক্তদি খরা তমখিসি হায়বনি

ইবোঃ (মখুৎনে মশানে) বেশ-বেশ-বেশ–কৈনৌ ব্রায়েল-বেশ হায়রো গৌরো কনা পাম্মী কনা হায়রুগে ?

গৌরোঃ—ইমাখোয়নদি মাইবম ইবেচাউবী হায়রি হায়না তাই। ঐদি শোয়বম বিনোদিনী অসিবু ফনা পুক্লিং তানা থল্লি। করি হায়বগে ? অদুগা·········

ইবোঃ—করি করি—শোয়বম বিনোদিনী ! নত্তে শোয়বম বিনো-দিনী হায়ববু লাইরিক তম্মিবনিককা হায়দনা তৌরিবা অকাওবিদু নত্রনে ?

কেশোঃ—হোয়নে হোয়নে, নংসু ইখঙ খঙশিন্নদ্রদুনা······

ইবোঃ—হায়গে হায়দুনা হায়রিবনে গুপী অসিগা নহাক্কা য়েংনবদা ওস্থোক্লা লাপ্নথ্রে হায়বনি—লাক্লগা নংবু শুমদুনা চাগদবা মী অদুবু নংনা করম লৌরুগনি। নখোয়সু খংলিবা অদুমঙাই—মাদো হুইদ্রোম কুঞ্জনা কনা কুইনা প্রাইভেত তম্বীরম্বনি—মাবুসু শুমদুনা থাদোকখ্রবনি--মবাম্নিগী রারি তারবদি নোক্কু-না শিগদবনি। মরাইবক ফদুনা ময়াম্বা তাইবুঙো শেখর অসিনা শিংমনবদগী মনাও অসি কনবিবনি। রাদি অসিনি কুঞ্জ অসিনা আই-এ থারুরগা থোরকপদা বিনোদিনীবু লোগদবগী রা খরা তৌনৈ—বিনোদিনী অসিনা লৈবদি লৈনিংলগা পামদশিন্নগে—লাইরিক তমনিংবা মালহন্দুনা মীঙোন্দা-রা ননগে তৌবা অদুদা ঙাঙনবা রা শোয় হায়দুনা কুঞ্জ অসি ময়াম্বনগা খরা ঙাংবনে করিনে লমশা মাগুম্ববুদি হায়দুনা কোক তুমিন লৈথোগ্রে—চেক মোক লাউরদ্রেনে বিনোদিনী খোয়দা, অদুদা বিনোদিনী অসিনা অকোকপদা কোরেক মাঙবগুম অরেম্বগী হায়শিল্লুরে হায়দুনা মকোক

খ্রো খ্রো খোত্তু,না লরিবনি। লাইরিক হৈবীনি হায়দনা যাম্না ফল্লিবনে। হুজিক কুঞ্জস্ন কোলেজ ছুটিগী ময়ুমদা লাকত্রেদো—মন্নং অসিদা করি অমক তৌরগদগে খঞ্জদ্রি। কুঞ্জ হায়বা অসি মশক মতৌ শাগৈ জাৎনচিংবাস্ন মফৈদো অত্তুগী মথক্তা বিন্থা য়েংলুরবস্থ ওল্লকপদা বি-এ পরীক্ষা খাগদৌরিবনি · মসিবু থাদোক্তু,না নঙোন্দা লৈগনি হায়বসিস্থ খরা ৱানা খোকই—থাঙ্গৈশেংনা পাই অমতা লৌদনা কুঞ্জনা থা কযামুকস্থ লাইরিক তম্বীরম্মিবনি। অতৈ অমা ওইরবদি গৌরো সৈতা হোৎনবিগে।

কেশোঃ—ইহে লাইরিক্তা নত্তনা প্রেম য়াওনা তম্বিরম্মবোইরে তাইবুঙো অত্তুসো।

গৌরোঃ—লম অসোমদদি কুঞ্জখোই নখোয়না ঐবু খোইনা হেল্লোইদা—শেলগী মমাংদা কনানো খাঙগদবা। হুজিক কালগী মুপীবু ৱা ওইনা তৌশিল্লে। লাইরিক হৈবীনা হেম্না ৱা ঙাঙনবা হুঙাইবনে—হায়বদি ভাব তাবা থুবা হায়বনে। শে, লাইরিক্তি খরা তমশিল্লু—মীনা ঙাংবনি উশিল্লু-তাশিল্লু অত্তুদা মীনা তৌবা ষ্টাইল (style) অত্থ তৌগদবগী হোৎন-বদা মাগী খরচ পুবা ঙমগদবা মী থিরকপদা পৈশা লৈতবা মাগী মচাক হুনবা ঙম্মোইদবা নীপাদা কদৌঙৈদস্থ লাইরিক হৈবীনা লৈরোইদবনি। উদ্রবরা তৌরিবা ময়াম অসে। নমিৎ অমুক্তং উইশিন্দুনা খল্লু খোৎ খোৎপা শং শং উগনি। পৈশাগী মনাংদা লাইরিক হৈবীনা ফের তৌবা য়ারোই।

হেন্না—ঐনা বাহৈ মঙা তন্নাদং কাপশিনবদা নীপাস্থ মুপীস্থ ন্নাঙাঙ হোংদ্রবদি ঐদি মণিপুর অসিদা লৈবু লৈখ্রোই— এ এ কুঞ্জ অসে লাকপু লাকলে—ঐ ন্না অমা অনিদং হংবোই করিবোঽ তৌগে করি থোকপগে য়েংশি—

(কুঞ্জ লাকপা)

অহুম্মকঃ—ভাইবুঙো কদোমদা ওইরবনো ?

কুঞ্জঃ—থবক অমত্তা চচ্চগে—ইবুঙোখোয় করি তৌবিরিবনো ?

কেশোঃ—কদোমদা লেংবিগদৌরিবনো ঙাইহাক্তস্থ লেংশিনবিরকখোবা। (কুঞ্জ চংলবতুনা ফম্বা)

গৌরোঃ—লেংথোবকপা কয়া কুইরবগে চুরুট অসিমতা ফানবিয়ুবা (চুরুট লানশিনবা) করম তৌবিরকপগে মুংঙাইবিরিগনি ভাইবুঙোদি লোইরেদকো হায়না হায়না।

কুঞ্জঃ—পংহোং মহোংনবা হায়বা অতুনি (চুরুট চম্বা) ইবুঙোখোয় থন্না কন্না হোংনৌকো—হুজিক্তগী পাবা ন্নাংহৌরবদি য়াম্না ন্নাগনি।

গৌরোঃ—তাইবুঙোখোয়মক্না অতুম তাকপিরবদা ঐখোয়দি করি তৌরুগদগে। মীওই মতৌ য়েংই ন্নাত্তে, নত্তে ভাইবুঙোগী নমাংনি হায়দুনা হায়বা নত্তে। বিদ্যা য়েংই ন্নাত্তে—লমচং ব্যবহার মপোক অসিমগী ঐখোয়না তানবা ফংঙরোইদবনি। মীনা ঙাংনব হায়বা অসিস্থ ফনা লুইদা—তাইবুঙোখোইবুদি থ্বাইনা য়াম্না শোন্নে।

কুঞ্জঃ—কদায়দগীনোদা ঐখোয়না তৌরিবা অসে মতৌ ভুক মালহলবা হায়বত্নি পৈশাবু লৈত্রবদি করিমতা কান্নখিদ্রে শেল য়াওদনা থবক অমত্তা য়ারকতেদা।

গৌরোঃ—কেশোনস্থ হায়রি তাইবুঙো! লাইরিক তম্বা লোইত্না বি এ ওইত্না হেক লেঙথোরকপদা লুপাগা লোইননা চৌকি ইনশিল্লকদবনি। কম অচৌবা কংগনি। অচৌবা হায়বদি তলবনবু অচৌবা কৌবা য়াত্রা হায়বদি তলবনা ইনাক থুনবা শেল লৈবা কৌবা য়াবা নত্তে—অ—অ—সিবি, লৈব হায়বা রানি—খঙবিরেদনা। নুপীস্থ অকবা ইনাক কৈরাক থুনবা শাগৈ-জাৎ কবা কংবিগনি—হায়বদি নুপীনি হায়ত্নস্থ শোয়বম বিনোদিনীগুম্বা অসিনদি তাইবুঙোদা করি ওইগ-দগে। ইহে ঐনা হায়জবদি মরমচৎ অসিনা হায়বা। তাইবুঙোনস্থ হেন্না খঙবিরিনি—ফনা কুইনা লাইরিকস্থ তম্বিরম্বগুম তৌবদাইনে (কুঞ্জ তাবোই তাদবোই) করি হায়বগে তাইবুঙো। ঐদি লাইরিক হৈরবনি হায়দনা ইগ্রিবা চিঠি! পাখং মচা পুন্নমক বিনোদিনীগী চিঠি পায়দবা লৈত্রবনে। ঐখোয় মক্তগীস্থ শেল হাৎথ্রবনে। লুখ্রাবী মচানবু ওকপা হৌনবরা ঐখোয়না তৌরিবা অসিমগাইদনা। মাস্থ লুখ্রাবী মচাগুম্বনি। মপা লৈ হায়বা অত্তু মণায় লৈতব-গুম্বনি। মহাক পোকপগী চহি অত্তুদগী আসাম চংখিবনা চহি ৫ চংখ্রে অত্তুদগী মৌপ্‌া অসি পোকপা মতমদা চহি অনি রোম অমুক থোরকলম্মী। হুজিক চহি ১গী মমুংদা

থা ১রোমদি হেক হেক লাকই। ঐনা হায়জবদি তাইবুঙো-খোয়বু সেরা তৌগদবদি, অসিগুম্বনদি মতিক ওইদে। মখোয় অসিগী জাৎ অসিদি খুকাপ্পি অমুক কাপ্পদা মরিফুমঙা চোং-থোরককনি অসিদা লৈতবা মীনদি, বিনোদিনীগী ৱা অসি ইতা-তানদ্রি। ঐখোয়দি মাগী ৱানা লম্বেল তেন্নরিবনি।

কুঞ্জঃ—হোয়নে ইবুঙো গৌরো, মাসিগী মিত্তা-লাক্তা অসি কাইদা অমদি তৌইদা। অমনা অমা হায় অমনা অমা হায় মীনবু ঙাংনরবদি শোয়বা লৈতেদা। তৌবিহৌখো ইবুঙোখোয় ঐদি চুরুট থকপা ইয়া য়াদেনে হেক্তা পায়খানা চঙনিঙই। য়ুমদা অমুক্তা চচ্চরুখিগে (চৎখিবা)

(মখোয় অহুম খোয়রুম ২ নোকপা)

গৌরোঃ—(মমিৎ খত্তুনা) কমদৌই! লম অসোমদদি ঐখোয়সু এম-এনে। কুঞ্জ মপুক হোংগ্রে হায়বা ৱানে ঐখোয়গী ৱাদা তোংগ্রে হায়বা, য়েঙ্দুনা করি থোকপগে হায়বা।

ইবোঃ—হোয়নে-ঙসাই মমিৎ ঙাংলি ঙাংলি তৌরগা হুমাং ইপা-পাখত্তুনা চুরুটতা পংচিং চিংলগা চৎখ্রে। মাংনিং শোয়-নিংবা নত্তমাল্লেদা নীংজবগা হায়দোরকপগা শোয়নরতুনা তৌবা ওইরবোইনা—ওইদবা শাবশি ফনদি হৈরে। মী হাৎপা ঙস্মগনি শোয়দে।

গৌরোঃ—ইহে কদাইদগীবু মাংনিংগবনো। থাজদ্রগা মতুং ইন্দুনা হেক ময়েংনসি—অসিৱাইদা মথাদাং মেত্তুনা ৱাখন্না চমম্-নতুনা লৈরম্মগদবনি।

কেঃ—হোয় হোয় ইবুঙোখোয় ঙাহৌ ২ চৎসি, ফম্বঙাক শিগদৌরে।
মীরা-রারেম ঙাংবদা নপুক অদু হন চংলগনি।
ইবোঃ—চৎলসিরা (ইবোঃ কেশো হৌগত্তুনা খরা চৎপা, হন্না
য়েংলগা) হাইমা নঙদি লৈহৌরগেরা গৌরো
গৌঃ—নখোয়গী নতৌ য়েংনিংতুনা তৌবিবা।
কেঃ—য়েংনিংগে য়েংনিউ য়েংনিঙোই তোকউ ঐখোয়দি চৎলে
(চৎখিবা)
গৌঃ - অদুদি ঐসু লাকলে (চৎখিবা)

## ২ শুবা উৎপা

বিনোদিনীগী য়ুম মাঙ্গোল।

তুমিদাংরাই।

বিনোদিনীঃ- (লাইরিক অমগা পেন্সিল অমগা পায়তুনা) ইমা, তাইবুঙো কুঞ্জ অদু থোরক্লে হায়। লাইরিক খঙদবা খরা লৈরে—হংফম অমতা লৈত্রে—অমুক্তা কৌহনবিরুবা।
তোনশীজঃ—(য়েনশাং শেন্না শেন্না) ইকাইবু ইকায়দা ইবেম্মা ইমাদে। কুইরেমখৈ তম্বিবনি হায়দুনা তম্বিরগা পৈশা অমতসু লৌ হায়বা য়াখিদে। চৎলমদাইদা পীজ-পীথক করিমতসু তৌখিদরে। নং পাজীখোয়সু রা থজিক্তং খঙমনখিদ্রে হায়বনিমা। লৌরোই হায় মহায়দনবু চোপই লেম্মী খঙদনা তুমিন্না কোক হেক মতোকখোকপা।

বিনোঃ—ইমা পৈশাগীদি অরাইবনিদা। পাউবু হায়খ্রবদি শোয়দনা মরাইনা লাকচগনি।

তোনঃ—ঐদি খরা হঙ্গোইরে—নৌপ্‌াবু কৌহল্লুগে—কদাই ইবো-তোম্বী! লাউ ইমা ব্রা হায়গে।

ইবোঃ -(চেনশিল্লকপা) করিনো ইমা ময়াম ঙাইহ্নুনা লৈহৌরি—মার্ব্বোল শাম্নরিবনি।

তোনঃ—হায়দবদি ঙমদা-শে-শে নংগী তাইঙো কুঞ্জ অহু হুজিক ঐখোয়দা ঙহাক্তা চৎথোরকউ হায়রু-লৈবু লৈরমগদ্রা-চেল্লু ইবুঙো ইমা চাক থোংনবা হোৎনরমগে। (তোনশীজ ইমুং চংখিবা)

ইবোঃ—ঙম্মোই মীগী অস্থপ লুংঙাইনা শাম্নরিভৈদা মখোয়গী পাখোন চৎপদা শিদোরে (চেনগে তৌবা)……

বিনোঃ—ঙাইখো ইমো—অঙাংবু অস্থন্না হায়রগা য়াবা হৌনব-গুম্মদনা—লাকপস্থ লাকপিরোইদবনি ব্রাতা খোন্দা অসিদা। (চিঠি অমা থুনা ইরগা পীবা) চিঠি অসি মশা লৈরম্মবদি পীয়ু লৈরমদ্রবদি থনমগনুকো। ইচেনা পৈশা পীনি-নমাম্ন-বশিং হৌনহুনা ঙাইহাক্তা চৎলু চেন্না চেন্না চৎলগা ঙহাক্তাদা য়োগনি—ইচে পৈশা লৌরুখিগে—(ইমুংদগী পৈশা লৌরু-রগা পীবা—ইবোঃ চেনখিবা)

বিনোঃ—(লাইরিক্তা পেন্সিলনা তান থাহুনা ইশৈ শকপা)

ইশৈঃ—

লমজাউগী মৈরী মুৎনফম লৈ,

ভুরেলগী লাইজ তিম্নকম লৈ,
কায়না সুংশি মৈরিবু
পাম্মু কয়ম্বনা মুংকনি।
হেম্মোইনজবা ৱাহৈবু,
থম্মোইগী কোলহিংনি থন্দুনা
মূনা কৌবা য়েংবিদবনা
নুজাগী নৈখোক লোয়হল্লে॥

তোনঃ—ইবেম্মাখোয় ইশৈ লোইরবদি চাক ইশিং থোংনবা তৌরসি।

বিনোঃ—হুমিৎচুপ্পা চাক্তা হায়দনা লৈ—ঐদি চানিংদ্রিয়ে।

## ৩ বা উৎপা

### লম্বী—মুমিদাংৱাই

বিধুমুখীঃ—(মথুৎ থন্দুনা য়েংবা-শোম্থাংনবা) কুঞ্জ মাল্লিদা লাকই-বসে-নত্রনে-মাল্লিদা ঙসিদি ৱাতা ১।২দং ৱাপশিন্দুনা য়েংগে (কুঞ্জ লীচৈ অকোনবা অমা মতুংলোমদা পায়রতুনা মরু লুকথতুনা ৱাখল য়াম্না তৌনা তৌনা লাকপা ১সুং বিধুগা হেন্দোকনিং হেন্দোকমাৎ তৌবা।

ইবুঙো নত্রাউ—(কুঞ্জ খোংথাং ৩/৪ চৎলগা হুম্না য়েংলকপা) য়াম্না থোয়গ্রপোৎনিনা অসিদে (ফেৎ হাদোক্তুনা চৎকে তৌবা)

কুঞ্জ:—(মোমোন ২ নোক্তুনা) করিনো করিনো ঐবু নত্রাউ হুজিক কৌবিবহুবো? (বিধু খুমদ্দবা চংকে তৌবা) নত্তে তারিং রিবরাউ।

বিধু:—কৌজদে কৌজদে ঐখোয় মীককা কৌনবা মতম লৈজদে ভারনা পংখল-খন্নহুনা তৌবা ওইরিনি।

কুঞ্জ:—শাউহুদা শাউহুদা তাদহুনা তৌবা মওইরিনিদা।

বিধু:—তাদহুনা অহুম মতোকপীরো চংচরগে মায় ওনশিন্দুনা রা শাংননিংদেয়ে (চংকে তৌবা)

কুঞ্জ:—(ফিজি পায়হুনা খাম্বা) ঙাইখোনে-রাবু নে-না ইতা তাদনা পাক পাক চংপা য়াত্রনে—লম্বী শোরোক হায়বসিদি মী লিশিং ২ চংলিবনি। অমা অমবুম্ব ওইবা ময়াই কারিনো ইশাওদা মশাউরদনা।

বিধু:—হোয় ঐখোয় অনিদা মচংলি-মী অতৈবু ওইরিগনি-শে-চংচরগেদা—(হাইদোকপা)

কুঞ্জ:—নিংঙম্মোইদা তৌহুদা—কদাইদবু চংলিবনোনে?

বিধু:—(মমায় ওম্বোকহুনা) কৈথেন্দনে কৈথেন্দা করি তৌবিগে হায়বগে?

কুঞ্জ:—য়াম্না শাওখ্রেদা—কৈথেন্দা ওইরবদি কোম্পাক্তি কদাই, ওইত্রবা রাদা.........

বিধু:—কোম্প্যাক পুবী কোম্প্যাক পুবী হায়দনা রা রা লাউরবা অহুদা, অহু ওংরবদি তোকহুম তোকখোক্কে হায়হুনা কোক তোকখোকহুনা বেগ পুহুনা হেক কাবনিদা উবিরত্রসে বেগ

উৎপা) করিগীনোনে অস্নুপ তুকা থিবিরিবসিবো ?

কুঞ্জঃ—মুংশিত্নুনা অস্নুম মহংলিবনিদা। থঙজিনবা হায়বা অসিস্নু মকান্নৈদনা। অতুবু কৈথেন্দদি কৈদৌবা ?

বিধুঃ—কৈথেন্দবু করি তৌই হায়বা তাবিবগে ( তুংমাং মী য়েংলগা কুঞ্জগী মমায় ময়াদা থুরপন) য়ুম পানবা ঙমনবা চৎলিবনে তস পেল্লরিনি।

কুঞ্জঃ—(ইশি শিনা নোক্লগা) মুঙাইদকো হে ইবেম্মা ! (খরা তপথনা) ঙাইখো ঙসিদি ফাগীস্নু ফাগীনী য়াম্না ইকাইখ্রেবো লাইনা থঙগনি য়াম্না ইকাইখ্রপোৎনি।

বিধুঃ—করিগী ইকাইরিবা

কুঞ্জঃ—থুমহৌদবা অত্তুদা......

বিধুঃ—মী-ই কৌরুবা ঐনদি ইকাইদ্রত্নুনা হরে উৎ চাইবিরিবোইরে।

কুঞ্জঃ—হায়বস্নু হায়বনি—ঙসিদি থেঙবস্নু খরা থেঙখ্রে নোংমা ঐহাক লাকথিগে পুম্না ব্লারি ব্লাতাই শাত্নুনা অমুক্তদি নোকমিন্নশি কৈথেল্লা করিনো চৎকনি হায়বদো চৎলুরোনেকো (মরেংবান্দা পোপ পোপ ফুবা)

বিধুঃ—ঐদি ঙসাইনা চচ্চরগে হায়রবনি ইবুঙোনা ব্লারেম থৌরম পুথোকরক্তুনা পোৎচৈবু ফংব্র ফংদবরা থঙদ্রেদোসে অস্নুম তৌত্নুনা লম্বীদা ইবুঙোখোয়গুম্বা নহাগা মায়োক্লত্নুনা ব্লা ঙাঙনবসি উরগা য়ুমদা নং তাদখোইনা ঙাঙবনা তাহৈবা ঙমজদেয়ে। য়ুমদককা লাকপিনো, য়ুম পাল্লবনে।

কুঞ্জঃ –কমদো কমদৌবা য়ুম পাল্লবা সৈতা হংগোইরেদা লাইবক থীবা কনানোনে……

বিধুঃ—আ-হায়ো-নোকতুম নোক্কে—ঐখোয়গীবু করি ৱাৎপগে (ঘড়ি যেংবা) হং ঐ থেঙখিদৌরে ঐ হুজিকমক ইন্দোন তোনশিজ উনদবা য়াদে গ্গাইখো বিনোদিনী অচুবু করি করি হাযনা তারিবগে।

বিধুঃ—এ এ বিনোদিনীদি কাউবিত্রিবোরে। খঙবিবিবসে! ঐখোয়না ভাব তামন্দুনা ইবুঙোগী মনম তাহনদবনে। হুজিক্তি কদাই-শরা শল্লে ইবুঙোবুস্নু লোইরে—বিনোদিনীস্নু য়ৌরে। নত্তে হুজিকপু চংবা য়ারিবরাউ? লাইরিক্তি তম্বীরমত্রদুনা "প্রেম তম্বিরমলে" হায়দুনা প্রেম খিবদা বিনোদিনী লোইরবনে। "লোইরে" হায়বা অসিনা লোইরে —মখা তানিংঙাই লৈতে। তাত্রবা হায়বত্নুদা খঙত্রবো-রেদো হুংশিদা। লেঙঙো লেঙঙো ইবুঙো খোংদনা চিকপা হুই, হোদোং ভুমিন লৈবনা চক্ষু ঙম্বা। ইশা ইশাদা পাল্লবনিনা মুন্না খঙজরে।

কুঞ্জঃ—ওম্হোক্না পুকচেল মাংনা লৈরম্মেদা। করি ২ য়াওরিবগে খজিক্তুম চাগেবা।

বিধুঃ—য়াওজদেয়ে করিমত্তা (মোকমি নোকমি তৌবা)

কুঞ্জঃ—ময়েংউদা—হুজিক নমদুনা য়েংলবদি।

বিধুঃ—(বগ মন্নুংদগী পানা মতপ অমা লৌথোকতুনা পীবা) শে-শে মীগী মখাওদগী কোক্তুনা হেক চাবা হায়বা অচু ওইরে।

কুঞ্জ—ফোঙ ফোঙ হেক শাইদ্দা কম্মা য়োমমুরবোরে। (বিধু মোমোন ২ নোকপা) অসিদি তাঙ্গনী পানবা। ঙসিদি ঐগী ওইরবা ছায়বচ্ছনিকো। হ্ঁ হ্ঁ থেঙরে ঐস্সু চৎলগে কৈথেনস্সু থেংঙ্গ্রগনি। (কুঞ্জ চৎখিবা)

বিধু:—অং সুংশিদেদা হন্দকমুক্তি খঙগনিদো—ইথুত্তুব চল্লবদি হে সৈতা :চৎখিবা)

## ৪বা উৎপা

থিনোদিনীগী য়ুম—মাঙ্গোল সুমিদাংবাই

(কুঞ্জ চংলকপা)

কুঞ্জ—ইন্দোলবু লৈরা? ইবোতোম্বী !!

তোমশিজ—ইমাইপেম্মা ইবুঙোতোন লেংথিরব্রবোইরে—হায় সুপীমচা মুড়ারা চৌকিরা পুরকউনে হায়—নংগী তাইবুঙো লেঙলকলে—ইন্দোননে উননিংঙ্গনেদো কৌহনখিবনে। কৈদৌবগে লেংথোক্রবদি নোংমতগু মকোয়থোরক্কনি—হাই কদায়নোনে ফিদা হায়রগা—

বিনোদিনী—(মুড়া অমা পুথোরকপা) নাইবুঙো! (থেব চথোক-তুনা লেপতুনা লৈবা)

কুঞ্জ—(মুড়া ফবা) বিনো কারম করম তৌরি পরীক্ষাকাদি লৌইথ্রবরা?

বিনোঃ—ছুটি কারগা তৌনি তাইবুঙো—

তোলঃ—লেংশিল্লমদাইস্নু তাকপিরমদে লেঙথোক্লক্লগস্নু উনদ্রে। করিনো শাওরমাল্লে হায়দনা ঐখোয়দি মওন ২ থম্নরবনি।

কুঞ্জঃ—ইন্দোন থবক্লা মতা চাদত্নুনা মতৌবনি ঐনবু করি শাউফম লৈবগে—হেক কৌবগা মরাকইবসিনি।

তোনঃ—তৌববুদি ঐগোয়ননে—মীবু থবক শীমথৈ শিজিন্নরগা অরামম্নি হায়বা পৈশা অমা ফাওবা তৌরুদবা ঐখোয় অসে মহা লরাই হায়বত্নুনি—মী কনানবু য়াবা হৌনবগে—ইবুঙো ওইবগী মনা মনিল নাইবিদবনে।

কুঞ্জঃ—(নোক্তুনা) হো হো-অত্নুনা লাক্তবনে। হেরা ফাগী পংতৌ মতৌনবা হায়বত্নুনিদ-অসিবু করিনোনে মানা মানা ঙম্বা উপাই তৌনবা হায়বা অদ্নুনি। মতম অমদা ঐদি ইন্দোলখোয়দা থক মহায়ররোইগ্রনে? ঙাইখো ঐবু কৌবিবগী মরমবু করিনো? ঙসিদি ঐহাক থরা ঙম্না হঞ্জিন্দবা য়াদে, তাইবুঙোনা য়াম্না শাওরে হায়বা তারে।

তোনঃ—তৌখৎলকলেদোসে—হেক লাকপগা য়ৌরম য়ৌফাত্রিঙৈনা চৎকদবগী হাম্না (শাওশিম্নত্নুনা) লেঙো লেঙো য়েংনিংদেদা অস্নুপ কুইবসি উনদ্রে—ঙাহাক্তস্নু রারী শিংবুন তৌমিন্ননি ইবুঙো শেথর অসিস্নু কুপথ্রে,হম্নু হস্থিদোনা হেক তৌরদনা লালবগীদি মরানজদবা

কুঞ্জঃ—ইন্দোন, তাইবুঙোনা হায়বা ইন্দবা য়াবা নত্তে। ইপা শক্তুনা লৈরবনি। ইমা পোক্তবনা য়োকই হায়বগী মনা

মনিন লাইব্রিবসে ঐগী ইযাম্বা অসিগী ব্যবহার অসিননি। মাসিদগী অকায়বা থোরক্লবদি ঐঙোন্দগীদা ওইগদৌবনি। মাঙোন্দা লানবা য়াদে ইন্দোন! তাইবুঙোনা মুঙাইখিদ্রবদি ঐ মুংঙাইবা ঙস্মোইদবনি।

তোনঃ—হোয়দা ২ ইন্দোম্না পঙাঙ ঙাওবনী হায়গুম্মত্তুনা থেওখিনিসে হায় মুপী মচা করি করিনো নংনা হংগনি হায়বদো প্রপ-প্রপ হংজহোরো নং তাইবুঙো থেঙখিগনি। (বিনো ইমুংদা চংখিবা)

বিনোঃ—(লাইবিক অমা পেন্সিল অমা পায়ত্তুনা থোরকপা) ইমা চুকপকা পানগা খরা লৈবিরুবা, পৈশাশে (পৈশা পীবা)

তোনঃ—হোয় ২ ঙসাইমথৈবু রাখল ইতৌ তৌদে-ইবোতোম্বীত্তুবু কদায়দা লৈবনো ঙাইহাক্তা লোইনগে হায়ববু।

বিনোঃ—কদায়দগী তৌগনি—রাথী ঙাওত্তুনা হেক লৈরগা (তোনঃ চৎখিবা। তাইবুঙো! (থোঙজিন্দা লেপ্তুনা মরু লুকথত্তুনা লৈবা)

কুঞ্জঃ—করিনে কৌরগা তুমিন লৈরবদে। লাকউ করিনো হংগদবা হংঙোদনা!

বিনোঃ—ঐনা ইবোতোম্বীদা পীখিবা চিঠি ফংল্লবরা?

কুঞ্জঃ—ফংই।

বিনোঃ—কবমদৌবে?

কুঞ্জঃ—কবিস্তু তৌদে।

বিনোঃ অতুদি ঐবু কাওবিরেদনা।

কুঞ্জঃ—নংনা কাওহল্লে —ঐনদি কাউদে।

বিনোঃ— হুজিক করম তৌবিগে খল্লিবগে ?

কুঞ্জঃ—ঐদি কবিমতা থনদ্রে—নহাকপু লাইরিক খরা তমখিগে হায়বদাইনে ?

বিনোঃ—ফগি তৌবা হায়বা অসিমক্তবু ইয়া ময়াদ্রবরা ?

কুঞ্জঃ—অওইবদা ফাগি তৌবদি য়াদে। মীগী দায় পুবদি ঙম্মোই ইবেম্মা।

বিনোঃ অদুদি……

কুঞ্জঃ—বিনোদিনী ব্রা অসি ফনা লুরি নে-না তাবা থোক্লবমু নশাগী নরাল মপুং ফারগা তাগনি। ব্রা য়াম্না লুরি। ব্রা য়াম্না ৲ল। ঐনা নংবু ফনা হুংশিত্নসু ঐগী ইনিং তম্বা য়াদে-ইথক্তা মী য়াম্না লৈরি।

বিনোঃ—এঃ করি ব্রানি হায়বগে অদুদি।

কুঞ্জঃ—করি ব্রা-নত্তে, ঐনা মমাঙৈদা হায়রবা নত্রা? নহাক্না ঐবু মীরায়ত্নূনা ঐগী পুক্লিং খরা হুংশিরে অদুগী মথক্তা মীগী মীব্রা মীপাউ তারগসু নংবু ঐহাক্না করিমতা উননীংদ্রে।

বিনোঃ—করি কৌই হায়বগে তাইবুঙো। মীনা ঐবু করি ঙাওনত্নূনা।

কুঞ্জঃ—মাদু ঐঙোন্দা হংদনা কাম্নরোই বিনোদিনী।

বিনোঃ—ঐবু কল্লকপা মী য়াম্না য়াম্বনি মীগী ব্রা পঙলৌসু লৌবিগদু তাইবুঙো অহল অদুসু শাগৈ তারগদবনি মসি হায়রগা মী হুনবা থোক্লগদ্রা।

কুঞ্জঃ—ৱাতা অহুনা হেক মতাকচরে। নখোয় লাইরিক তম্বা অসিদি জ্ঞান তানবা নত্তবোরে—চিঠি পীনবা ওইরবোরে (শাউহুনা হৌগত্তুনা চৎকে তৌবা)

বিনোঃ—অমুক্তা ঙাইবিখো—মুপীমচা ঐখোয়নবু করি জ্ঞান লৈফম থোকপগে! শাউবিখিগনু তাইবুঙো।

কুঞ্জঃ—শাউদে বিনোদিনী—নংননে অসুম্না মতমশিল্লবদি নং ঐগী মরম অসি ভুংদা ৱারিনফম ওইবা য়াবা অমা ওইনা থোরক্ল-গনি। ৱা য়াম্না লৈরি-ঐ চৎলগে বিনোদিনী—

বিনোঃ—ঐনা লানবা ঙাক্তনি তাইবুঙো মুপী মচা ওইবগী ইকাইবা পুন্নমক প্রেমগী মৈরিনা চাকথ্রবনি অহুবু তাইবু-ঙোনা—থোইনা ৱাখল তৌবিদ্রবদি ঐগী ইরাইবক থীবননি লেঙো। তাইবুঙো ঙসিদগী হেন্না তাইবুঙোবু উবা ফংগনি হায়বা নিংজদ্রে নচন্না তৌবা দোয পুন্নমক ঙাকপিয়ুকো (মরু লুকথহুনা শু শু কপ্পা)

কুঞ্জঃ—বিনোদিনী নং কপলি! শে ঐ হায়গে তারো-(মখাদাং ইনখত্তুনা মমাই হাইগৎহনবা)—তাবিব্রা!

বিনোঃ—হায়গদবা পুন্নমক হায়খ্রে, হুজিক্তি ক'রিসু লৈত্রে ঐগী ৱা লৈত্রে।

কুঞ্জঃ—ঐবু হায়রো হায়বা নত্রদো।

বিমোঃ—মানি……।

কুঞ্জঃ—ঐঙোন্দগী হেনবা লক্ষা কোটি ইনাক কৈরাক থুনবা মশক মতৌ ফজবা লৈরমগনিদো—নখোয় ঐখোয় হায়বা অসিদি

ইরাংদা চৎপনি—ভাব তারিবরা ?

বিনোঃ—তাইবুঙো। (নোকপা) (ইবোতোম্বী চংলকপা)

বিনোঃ—ইমানা নংবু হংলম্বনি নহাক উন্নত্রবোরে। চেল্লু, ইবুঙো; ইমাদো পানা চুরুট লৈবা দুকান্দ চৎখিবনি অমুক্তা লৌরু।

ইবোঃ—হোই (চৎখিবা)

কুঞ্জঃ—বিনোদিনী হুংশিবা হায়বা অসি মমিৎ তাঙবনিকো—সংসারদা ফজবা হায়বা অশে অপাম্বা অদুনি—অহাওবা হায়বদো চানিংবা পোৎ অদুনি চুমত্রা ?

বিনোঃ—য়াম্না চুমই তাইবুঙো।

কুঞ্জঃ—থাজহনখিত্রবদি পুন্সিচুপ্পা থাজদে- থাজগল্লবা মীদি তোয়না চোপই—থাজগন্দবা মী হুংঙাইবা ফংদে অদুগা পেনবা হৈত-বা মী অপঙবনি-ভাব তাত্রা ?

বিনোঃ—থঙজরে—

কুঞ্জঃ—মমিৎ য়াম্লবা হুপী চৈ চায়, তৌবা ঙম্মবা হুপী শক ফজ্জে করি হায়বগে (বিনোগী মরেংবান্দা নোক্তুনা ইনবা)

বিনোঃ—(নোক্তুনা) ঙসিগী পড়াদি অম্বাই ফাওবা ওইরসি। এ ইমাখোয় লাকএ তোনঃ ইবোঃ লাকপা)।

তোনঃ—ইমাইপেম্মা ইবুঙো ইন্দোলদি থেঙদোকখ্রে।

কুঞ্জঃ—ইন্দোন ঐ চৎলগে বিনোদিনী মথন্তা ঙায়রে হায়দুনা ইন্দোল হনলকপা ঙাইজরিবনি।

বিনোঃ—(মমাদগী চুরুট পানা লৌরগা কুঞ্জদা লানশিনবা) তাই-বুঙো থেঙগ্রগনি।

তোনঃ—নঙনা হংজগদবদি হংহৌরবরা ?

বিনোঃ—হোয়........,

কুঞ্জঃ—ইন্দোল এী চচ্চরগে—বিনোদিনী, চৎলগে—খঙদ খঙদবা মতমদা পান্ডৈ হেক হায়রকউ (চৎখিবা)

তোনঃ—করিনো ইবেম্মা মীঙোন্দা নংনা কপ-কপ্তুনা রা য়াম্না হায় হায়য়ে—করিদৌনা হায়রুরিবনো—নবুং নৌপ্প্রাস্থু নত্তনা কনানা হুংশিবিগদগে—ইবেম্মা খক তৌনরুহুকো।

বিনোঃ—লাইরিক্তি খঙদবনা য়ামশিল্লকলে, তাকপিনবস্থু লৈতে। হুয়েং ফেল ওইরবদি ইকাইবনা শিগদৌরি—ইরাল লাইর-বগী মরমননি ইমান্নবগা মান্নিব্রবসে, হায়দুনা কপচরিবনি। অঙাং চিম্থিরাক অসিদি মীনা করি করি ওইনা থল্লিরোই-দ্রদোশে।

তোনঃ—হোয় হোয় ইবেম্মাখোয় নশা নশানা রাখল তৌদুনা চৎচরো হায়বা অসি মঙায়রে।

অহানবা মজাঙ লোইবা

———

# অনিশুবা মতাঙ

## ১বা উৎপা

শেখরগী যুম মাঙ্গোল (অম্বক)।

কুঞ্জঃ—ঙসিদি মঙ থুঙাইতেদা—করিবু তোগদৌরিবনো খুয়ানা খুয়া হাক্কজরিবা—কদাইদবু চৎকদৌরিবনো হায়মা ইফৎ ফত্তেনে নপা (মখোঙ শ্রূ শ্রূ নোংবা) হেক ময়েংলগা লোইরে (খোরি খরা খোংপা) চৎকনি চৎলোই চৎকনি চৎলোই······চৎকনি শোয়দে চৎপা তাই···অত্তুদি চৎলোই চৎকনি চৎলোই চৎকনি······চৎপা তারে······অত্তুদি চৎপা তারেদনা (ইমুংদা চঙখিবা।)

শেখরঃ—(পাঞ্জিকা অমা পায়তুনা থোরকপা) কদাই চৎগ্রে তোম্বদি······কুঞ্জ।

কুঞ্জঃ—(লাইরিক অমা পায়তুনা থোরকপা) করি ওইরবনো।

শেখরঃ—নহাক অসিদা থুংশানা থুংশা শাবনে। লাইরিক লাইগু পাবা কয়া থুংঙাইররোই। শিলোংদা চৎলো লমতু য়েংবস্থু থুংঙাইগনি নশাসু ফগনি—

কুঞ্জঃ—(মমায় লৈথোক্তুনা, লাইরিকা মচিন থুমতুনা) ইস।

শেখরঃ—ইস্ককানা চৎনবা রাদি নত্রে। নহাক নশানা রাখন তৌরগা অতুম মতৌরো ঐনা থোইনা হায়নিঙাই লৈতে··· হঁ তুমিন্না লৈবনদি কান্নদে ·নং করি হায়রিবগে?

কুঞ্জঃ—(থুমদবা মরু লুকথতুনা লৈবা।)

শেখরঃ—থুমদহুনককা চৎনবদি নত্রে। শে শে কাম্নদে তারিক ১২ য়ুমজকৈশা মুমিৎ অসিদা চৎননবা তৌরো। শুভ যাত্রানি শোয়বা য়াদে হংচিৎ অসিদা চৎননবা তৌরোকো।

কুঞ্জঃ—লৈথোক্তুনা (শোম্থাংননা) নহান্না...

শেখরঃ—(শাউরপনা) নহানককা খঙদে চৎকেরা চৎলোইরা?

কুঞ্জঃ—তপ্না চৎকনি।

শেখরঃ—থবক থবক মতা য়েংহুনা তৌরিবনি নংনা ঐগী অব্রাবা অনংবা করিমতা উবিফম থোক্তে। লাইরিক লাইশু পুন্নমক পূরো—পুজা ছুটিসু থোরক্কনু। পরীক্ষা লোইদ্রিবা ফাওবা লৈরগদবনি। চৎলো চৎলো নংগী থৌরাঙ পুন্নমক তৌরু-রো (কালা লাকপা) ইবুঙো লেঙশিল্লকউ, ঐ করিগুম্বা অমতা তৌরুগে ফম্বিরম্মু। (শেঃ ইমুং চঙখিবা)

কুঞ্জ—কালা ভাই ঐহাক অমুক হন্না চাবা চৎপা তারে-নংবু অমুক্তা উনগে তৌববু উনবা ইঙম ঙমদহুনা লৈরিবনি।

কালা—এ-এ করি উন্নরুগবনো নংনা উননিংদবা মতৌ অহু উবদা লাইনা অসুম শাল্লিবনি। অসিদগী হন্না অসিদি ফত্রে হায়রবো? চ্যেকশিল্লকলগা নংগী লেপ্লগদবদি ঐথোয় ১।২ অসিদনি। নংগী নমাই য়েংহুনা তৌগদবা নত্তে—তাইবুং-ঙোবু য়েংহুননি।

কুঞ্জঃ—ঐনা চৎকদবসি হংচিৎনি কালা, অহুনা ঙাইহাক্তা ফম্মম-খো ঐ শৌবামদগী ফুরিৎ অমতগা পিশক্তগী লাইরিক

অমতগা লৌরুখিগে। থেঙখ্রবদি উনহৌদবা য়াই ঙাইরম-
খোকো।
কালা—(কোয়েং কোয়েং য়েংলগা) শোয়বমদদি নত্তেকো-শৌবাম
হায়বনিকো—ফাওনবা ইয়া য়াবনি…
কুঞ্জ—নখোয়না অতুম হায়জিন্দুনা তৌরিবা নত্রসে?
কালা—হোয় ২ চৎলো চৎলো - নং উনগে লাকপা নত্তে তাইবু-
ঙো উনগে লাকপনি। (কুঞ্জ চৎখিবা শেঃ খোরকপা)
শেখরঃ—ঐখোয়গীস্ব চৎখ্রবরা?
কালাঃ চৎখ্রে তাইবুঙো।
শেখরঃ—ইবুঙো চুম্না অসুম মকোইখোরকপর', করি থবক
লৈবগে?
কালাঃ—চুম্না অসুম লাকপনি—নহানগী ইচিন ইনাও ৱারী তৌবা
অতুবু করম তৌরবগে?
শেখরঃ—মহাক হংচিং চৎলো হায়তুনা ঙাঙনবতা মঙায়রম্মি মাসি
থাখিদ্রবদি মাঙবা তাবে।
কালাঃ তাইবুঙো ঐখোয়দি লাইরিক তম্বা ঙমত্রবনিনা তম্বা
য়ারিবা মখোর অসিবুদি য়াম্না তমহন্নিংই ঐখোয়গীদি হুজিক
করি তৌরুগনি—য়ুম পানবা ঙম্নবা হোৎনবা হায়বতুনি—
মখোয়না থরা তম্মুরগা ঐখোয়গী ইমায়নি।
শেঃ—ইবুঙো কনা লুই—কুঞ্জ অসি মশাদা কোয়নীংবা অমা য়াম্না
কম্না পোক্লে। অতুনা অসিদা লৈরবদি ফৈরেংনবা অমা
তৌরকপা মতারে। মাতু তৌরবদি লাইরিক তম্বা য়াগনি

হায়বা থাজত্রে। মহাক্লা লাইম্নিক ভমজ্রবদি মীনা ঐবু করি ঙাংনগনি—মাসিমস্থ অঙবা অমা ওইশিল্লকই। মী-নদি মানা তৌরিবসি খক থনবিল্লোই—হা মনাও অসি লাইরিক তমহন্ত্রে হায়তুনা বদনাম অমা থোকপা য়াই—অদুনা অরৈ লৈত খিদনা চহি অসিমক্তদি ইল্লগে হায়তুনা ইয়াম্বনা কম্না আশা তৌরে—কার হাম্লবগে?

কালাঃ—তাইবুঙো, ভাই অসি কোইরেনে, ঐখোয়দি থৌওইনা য়েংশিল্লুবস্থ ঙমজদেদা। ইমা হন্থবী অসিগা অঙাং মমা মচা ঐখোয় মরি অসিগী চাবা থুংনবা হোৎনবদা মখোয়বু থোইনা য়েংলুবা ঙম্বা নত্তে-অদুবু কুঞ্জ অসি মখোও চাত্রে সঙ্গ চুমদবা উরে। ঐখোয়গী সুপী অসি তায়বুঙোখোয়না খঙবিরিবা অসিমঙাই থোইনা মীগী মীরা মপাউ ঙাওজদবনি অদুবু হন্দক্তি কুঞ্জ অসি মাওবা তারে, লমচংনাইদবী খরগা য়াম্না তোইনা উরে হায়দনা হায়নৈ। মখোয় সুপী মশেন্দ্রি ঙাঙবস্থ পংঙাং মঙাঙনৈ, অদুগা মানা ঐখোয়দা লাক্লগস্থ মখোয়মখৈ ফাগী জুগায় তৌনহুনা পংনোক মনোকই—য়াম্না ফরে তাই-বুঙো ঐ মাদুগী মরমস্থ হংগে হায়তুনা অসুম চৎখোরকপনি মহাক চৎহনখিবনা ফরেদা।

শেখরঃ—হোয়নে ইবুঙো, য়াবমখৈ হোৎনবিবা হায়বহুনি।

কলাঃ—করিমতা চিংনবিগন্থ। তাইবুঙো কনামতনা বদনাম তৌবিনবা লৈতে। ঐখোয়দি তাইবুঙোগুম্বা ইয়াম্বা অমতং লৈক্তনবদি স্বর্গ থুংনা ম্নাম্বা কংনুক নুংঙাইগদবনি।

শেখরঃ—ইবুঙো নঙগুম্বমক ওইরবদি মৈতৈ লৈপাক অসি করিগী ৱারুগদগে। তৌবদদি খজিক্তা, হায়জিনবনা মপুং অতুমকপু ঐগী তৌবা হৌনবা খরদি তৌদবা য়াদে। মীগী মমাঙদা স্বগর্ভ নত্তে হায়বা অতুগী বদনাম থোকহনমিংদে।

কালাঃ—তাইবুঙো চচ্চরগে পংকুপ কুপনস্থ খনবিগনু ধর্ম্ম কায়রুত্রগা করিবু তৌজরগবনো'

শেঃ—অতুমঙাইরে—গাড়ী ফংদ্রেককা হায়তুনা হেক তোক্কনি ইবুঙো, মাসিদদি অমুক্তা থাখিনবা তৌশি।

কাঃ—তৌগনি তাইবুঙো, শোয়দনা হোৎনগনি (চৎখিবা)।

## ২বা উৎপা

### লম্বী হুমিৎয়ুংলমদাই

গৌরোঃ—ইবোতোম্বী, ঙসিদি লাইরিক তম্বা কারহুশিনা করি হায়বগে পণ্ডিত। হা কেশো নংবুনিনে—নরোক তাগে নখোয়গী ক্ষাইন্ ঐ পীগে…

কেশোঃ—হুংশিখিদ্রেদা ইপা ইপু নরোক তাগে—নঙদা খিৎ শিথ্রোগবা—ইবোতোম্বী নঙ লৈহৌগত্রা ঐদি চৎলে।

ইবোঃ—করিনোনে লাইরিক তম্বা কারকইবা ঐবু লৈহৌগত্রা হায়রিবশিবো। নঙতনা লাইরিক তম্লিংবরা। ঙাইখোনে চুরুপ অমতা চমখিগেনে (চুরুপ চম্বা) (গৌরোদা) হায় ভায়, নংগী লাইরিক কদায়—

গৌরোঃ—লাইরিকপুদি য়াওরিনেসে (খোঙগ্রাউদগী বই অমা পুথোক্লকপা)

কেশোঃ—য়ুমদগী কারোইদবগী আশা তৌদুনা লাক্লবনি, কান্ন· রোইনে, ইবোতোম্বী, মাদি কাররোইদবনি লাইরিক অসি উদ্রনে? ঙসিগী লাইরিক মরি পুগদবদ৷ বই অমা পুরগবু করম্না স্কুল কারুগবনো!

ইবোঃ—ঙাইখোদা নঙস্ু থেমদুনা লৌদুনা মহায়নসিদা।

কেশোঃ—এঃ করিগী! মাবু করিগী থেমজরুগনি হুপীস্ু নত্তা, ভাব তাবিরেদা—

ইবোঃ—অদুবু—

কেশোঃ—অদুবু ককা নত্তে - নংস্ু অদুমঙায়—নবাম্নি অম্মানি থবক থুদিঙমক নবানিনা নামা ঐনা নামা ঐ চৎলে…

ইবোঃ—ঙাইখোনে কেশো—নংবু করিনো—

কেশোঃ—করিনো হায়বসিবু করিনো চৈশু। নঙদি গৌরোগী চৈশুনে চৈশুগা মীগা থানবদি য়াদবনিনা লৈহৌরো।

ইবোঃ—নঙবু, নহা হায়দনা থরস্ু ঙাওগনি, থরস্ু ফৈগনি বৈষ্ণব ইশা শারদুনা ..

কেশোঃ—ইবুঙোখোয় ঐদি ঙাওবস্ু তল্লে—ইমানা হন্নাই য়োম্দুনা ফিস হুল্লগা ঐনা ঙাওদুনা লৈগদৌবোরে।

গৌরোঃ - ন্না মুংঙাইবা অমা তারবরা—ঐগী আশাদি থুংগদৌ- রিমাল্লে…

কেশোঃ—নঙগী মীনা পুবা ঙমন্ত্রবা আশা ময়াম অদুরা—কদাই চুরুপতু অমুক্তবু থক্কেনে (চুরুট লৌবা)

গৌরোঃ—কুঞ্জদো হংচিৎ শিলোং চৎলগনি হায়বা-পাউ ঙসি অয়ুক তারে। মরম অসিদা ফুচলাই তৌদুনা বিনোদিনী লৌনবা তৌদব্রা য়াদ্রে—মহাক লৈরবদ হায়বসু হায়বনি থবক ফনা লুইবো।

কেশোঃ—অওইবরনে, থোরকপা ইকুই কুইখিদ্রিবদাইনে……

গৌরোঃ—অওইবনিনে……

কেশোঃ—করিগীনি হায়বগে? মাসি হাওতে চুরুট অশাংবা অমা পুথোরকউ। (চুরুপ মতেক লংথোকখিবা)

গৌরোঃ—(চুরুট অমা পীবা) কনানা খঙগনি……কুঞ্জ অসি বিনোদিনীগা খর তোংনৈ খোংনৈ হায়বা তারনা মাঙবা তারে হায়দুনা তৌরিবনে হায়য়ে। অদুবু শেথর অসিসু সুপী শিদ্রিবনিদনা—কনানা হায়বা ঙমগনি ভায়।

ইবোঃ—হায় অদুগুম্বা ৱাখন তৌগনু। নংগী লাগাম য়াওদবা ৱাঙাঙ তৌরক্কনু। মীনা লুখ্রাবী মচা ৱারক্তবা হায়খিগনি। ময়াম্বা অসিনা য়াবিদ্রিবা অসি নঙগীদি মতোন্নি।

কেশোঃ—হোয়নে ২ চংকে চৎসনু চংলোই তোকসনু করিগীনো?

গৌরোঃ—ঙাইবগী ঙাইবা ঙাইহাক্তদি ঙাইখো আ-দো কালা অসি লাকলে, মাঙোন্দা অমুক্তদি হংসি অওইবা অমতদি খংশি হায়বনি (কালা লাকপা)

কালাঃ—কদাই—কদাইদনো তিন প্রভুদে?

ইবোঃ—করি রানো তাদা—লাইরিক পায়ত্নুনা লাকপা গ্রখোয়বু কদাইদনো হায়বশিবো—তাদবু নাতৈ য়াম্না চাদে হায়বনে লুগুণ নাদা যেপ্তুনা খুজাই পাইত্নুনা লাকপা মীবু কদোমদা লেঙবিগদৌবিবনো হায়বদৌনা থোকই হায়বনে।

কালাঃ—ইবুঙোখোয়গী নতৌনা হায়বনি, ইবুঙোখোয়গী স্কুল অমা তোঙান্না লৈবরা—পুং ১১॥দা স্কুল কাবদে—

কেশোঃ—হাযমা! গৌরো নঙনা পুং তরা মখাইদা তারি হায়-বদাইনে, য়েঙঙ্নে গৌরো।

গৌরোঃ—শে শে—য়েঙঙুনে তরামখাইদা মতারি—শিলিভারনে শিলিভার।

কেশোঃ—হুজিকস্থ তরামখাইদা মতারিবা! চৎলিবরা য়েঙঙ্নে।

ইবোঃ—হোয়নে হায়, মসিনা তৌবা শাবদি—কদাই য়েংগেনে। মহাক অসিনা হেক তৌবদি-চৎলিবরসে। মমায়দা হেক ফুজিনবব্।

গৌরোঃ—(ঙাইহাক খল্লগা) চাপি থাদবা ঙসি হুমনি শুরে।

কেশোঃ—কারেদনসে, করম তৌনি হুজিক! ইমানা লৈতে হায়বদগী নমত্নুনা ফিস্থ লৌথোরক্লগা—হুজিক স্কুল কাত্র-বদি। ঐ মাঙঙেদকো। ওস্থোকপনিদা (মরু লুকথবা)।

ইবোঃ—শাউরস্থ কেশো ঙসিদি কাত্রবা হায়বত্নুনি নঙনা হায়-বসি করেম্নত্নুনা হায়বস্থ ওস্থোকনা ইকাইখ্রবা রানি। খঙ্গিল্লু-রগা ঙাওশিন্নবা য়াবা নত্তে। (কালা ওনশিন্দুনা) তাদবু কদোম লেঙঙুরিবনোনে?

কালাঃ—ঐ অস্থম তাইবুঙো শেখরখোয়দা ব্লারী শারুবনি।

গৌরোঃ—করিগী ব্লারিনোনে, লৈপাক শেমগদৌরিবরা ?

কালাঃ—করেম্নগ্নদা ইনাওশা—মসিদগী মখা তারক্লবদি ব্লা য়াম্না কায়বা তারে—মখা তাদ্রিঙৈ ঐ চচ্চরগে—ইবুঙোখোয়গা মায়োক্লত্নুনা ব্লা ঙাঙনবসি কয়া লেম্মোইদমাল্লে। (চৎকে তৌবা)

কেশোঃ—তাদা য়াম্না শাউরমাল্লে—ঐখোয় অহুম্মক অসি মথোঙ চাত্রবা ঙাক্তনি। ঐখোয়না ঙসি তৌরিবসে মীঙোম্লককা তমথোকপীরুগন্থ য়াম্না ইকাইবা থৌদৌনি, ভুমিম্নত্নুনা চামিম্নত্নুনা তম্মিম্নরকপা ঙাক্তা ওইনা তৌত্নুনা থা-নবসু ঙম্নদে—হুজিক খৎনরে, হোরেল চাম্না অস্থম্না লৈরবনি শাউগন্থকো তাদা।

কালাঃ—ইবুঙো কেশো—ইবুঙোগী লম্বী লম্মুক্লগদৌরে—ইবুঙোগী লম্বীদা শৌ য়াম্না লৈরে মুম্না য়েংত্নুনা চৎত্রবদি পুন্সিগী লমথাঙদা শৌ থুত্নুনা মাঙবা তারে—ইয়াম্বা চৎচরগেকো (খরা ২ চংপা হৌবা)

গৌরোঃ—তাদা—ব্লা অমতং—ব্লাতা হৈতবদগী মপা চৈবা শকপগুম তৌবা থোকগ্রে—ব্লা অমতদি হংজহৌগে—

কালাঃ—করি হায়বগে ?

গৌরোঃ—তাইবুঙো কুঞ্জ অহুবু হংচিৎ শিলোং চৎকনি হায়ববু অওইবা ওইরবরা ? তাবি লাকপিরকপরা ?

কালাঃ—করিগীনো ইবুঙো।

গৌরোঃ—অনোক অমতা তপচগে তৌবনি—অসিদদি ফংদ্রে—

কালাঃ—অং ইবুঙো, শোয়দনা চৎকনি। অদুগীরা!

গৌরোঃ—অদুগীনি—ঙাইহাক পল্লে—ব্বারৌবিগনু—ইবোতোম্বী হুজিকমক শেল থিল্লদবা য়াদে (কালা চৎখিবা—মখোয় অহুম মমিং খৎনবা)

কেশোঃ—অতৈ পোং হায়বা য়াদ্রবরা—গৌরো নঙনা অনোক হায়রুরিবদুবো হিদাক তৈথৎকে হায়রিবরা?

গৌরোঃ—অদু-অদা পুরাল ফাকপিরগনু অওইবা খঙলে লোইবে। প্রাইভেট সেক্রেটরিনা হায়রে শোয়ররোই।

ইবোঃ—অদুদি কমদোবা?

গৌরোঃ—মরক অসিদা বিনোদিনী লৌনবা হোৎনবা—

কেশোঃ—হায়রুরবরা?

গৌরোঃ—হায়গদোবনিনে······

ইবোঃ—করিগী হায়বা হেক্তা মচেল্লু লৌগে হায়রগা ব্বাকোই শূগনু—নতিক নত্তে।

গৌরোঃ—করিগী চেপ্পরুগনি-ঐবু অতোনম্বী মচারা-ইমিৎ তাঃদে, ইথোঙ তেক্তে, ঐগী করি ব্বাংলি? খ্বাইগী মমাঙদা ব্বা ব্বা তৌদুনা লুহোংগনি। চেনবা হায়ববু ফজবা ব্বারা!

কেশোঃ—নঙগী করিমতা ব্বাত্তে-অদুবু মীনা মুংশিদে মুপীনা পামদে লৈগদবা মুপীনা য়াদ্রবদা নঙনা করম্মা লৌগনি।

গৌরোঃ—খজিক্তা মঙাইরে—"গৌরোদু অম্থম তৌরক্কনি হায়বা থাজদে হায়" হায়গদবা—অদুগা ইবোতোম্বী ইমাখোয়গী

মগুনস্থ খল্লা ঙাক্তবা য়াবা নত্তে।

কেশোঃ—করি! নমাগী মগুণ! নমাগী করি মগুণ লৈত্রন', মতা চাদনা ফুতানি তোবা শারত্নুনা খঙদবসিদা হায়গে হায়রবদি হাযজক—অখঙবা ঐখোয়দদি ঙাংজরক্নু। নগুণ ইগুণ খংনবা ঙাক্তেনি। লুখ্রাবী মচা চন্দ্রকংনান নহাকনস্থ মথু-ককা হায়বা শারিবা। নশাংগ ব্রাখল তৌরগা ব্রা ঙাঙ, নত্রবদি ইতৎতত্তুনা মীমাঙ ফমগদৌরিবনি খঙঙব্রা?

ইবোঃ—লুহোংত্নুনা লে বস্থ থুপী, চেন্দুনা লৌবস্থ থুপী, থুপী অত্নু নযুমদা হেক লৈরগা লোইরেনে নত্রা?

কেশোঃ—চেনগে চেল্লু, হোঙগে হোঙঙু, ঐদি চংলে—নখোয়গী থুপী খিবগী খম্নবা লাকপা নত্তেএ ঐ চংলে। (খরা চৎখিবা)

ইবোঃ—ভাইখো কেশো, (মশা লাক্তুনা চিংশনবা) নং চৎখিবা য়াদে—উত্রসে (ফুরিৎখাউদগী ছুরি অমা উৎত্নুনা, নং হেক চৎলবদি—

কেশোঃ—কিরবনি হায়! নখোয়গুম্বদি মিত্তুম ফাক্কে (মনিং-ফাকপা)

ইবোঃ—নঙ কিদবোরে। অত্নুদি য়ৈবিররোই, ঐখোয়না য়ৈবদি অকিবা মীত্নুদনি! শে ঐনা হায়বদি অসিনে নঙ অসি ঐখোয়গী খম্নবা ওইনা য়াম্না কান্নে নং য়াওত্রবদি ব্রা রায় তাবা ঙমদেনে……

কেশোঃ—এঃ ঐদি নখোয়গী খম্বননবা—অশোয়বা মেম্নবা ওইর-
বোরে।
গৌঃ—নংনবু করি হায়রিবগেনে? শাউগম্লুনে।
কেঃ—অতুদি ঐনা হায়বা য়াগদ্রা?
গৌঃ—য়াক্ম থোক্লগা য়াবা অতুমঙায়দনা……
কেঃ—অতুদি নখোয় ইমাবু হায়ল্লুরো……
ইবোঃ—হায়হল্লুরো—মীনা পাঞ্জি য়েংশি হায়রক্কনি, য়েঙঙ্গনি,
লাইনা কৃপা তৌডুনা পক্লে হায়রবদি মক্করে অতু নক্তুনা
পক্লদে হাররক্লবদি করম তৌগনি অতুগী শরুক্তি মমাদা
পৈশা থোক নমশিল্লগা থোক চেল্লগা লোইরেদনা। নুপী
চেনববু মমা য়াওদনা ঙম্বা হৌনবরা! ভাবতি ইতা তাদনা
কেশোঃ—মীনা হায়বা ইতা তাদনা—মীগী ব্রা লোইরম লোই-
ক্ষাত্রিঙৈনা মানা থোক ওক্তুনা ঙাংলিবসে ভাব তাবা অসিনা
হায়রিবসে তৌরো ক্ষরে—
গৌরোঃ—ইবোতোম্বী, মাগী ব্রা অসি অমুক্তা তাসি হায়রো
হায়রো।
কেশোঃ—ঐনা হায়বদি অসিনি পংক্ষিং ফিংগম্লু ব্রা হায়বসি য়াম্না
লুবনি। ভাব পুন্নমক চাননবা তৌবা হৌনৈ। হায়হল্লুরো
পাঞ্জিস্থ য়েংগনি—করিগী য়েঙঙোই। য়েংদবা পাঞ্জি
অতুদা লুপা থোক নমশিন্দুনা ব্রা অমত্তং থোক কাপশিল্লগা
হেক মরোইরেদনা—অসি মঙাই—লুহোংনবদগী মফি মরো-
লগী শেল অহ মরাংকাইনা মমাগীস্থ থরা কান্নবা থোক

হৈজিল্লগা মরাইনা য়াদবা ঙমগদ্রা পীখিবা শেলগী শরুক ষ্টু মানা পুড়ুনা অড়ুম মরাক্কনি। অসিবু করি কায়রবগে?

গৌঃ --চুম্মি হায় কেশো, থুং অমুক্তা শোককে—নত্রনে ইবো-তোম্বী? শেল পুথোকপা ঐগী ইথৌদাং থবক থোক্লবা হোংনবা নখোয় অনি। করি হায়বগে?

ইবোঃ—(করেম্নড়ুনা) অড়ুগীনিনে ইবুঙো ইয়াম্বনা নঙবু থামলিবা, রাদো চুম্মে হায়বনে।

গৌঃ—হন্দক্কী থবক অসি পাংথোকপদা নখোয় অনিগী ফীরোই হোংগদবনি। থরায় য়াওনা খরা হোংনবিয়ু—ঐমক্লা ইমা খোয়গা হেক ঙাঙনবদি খরা ফজদে হায়বনি।

কেশোঃ—চরহায়—লাইরিক তম্বা তোক্তুনা নংগী দুতি ওইড়ুনা লৈরগেদনা! লম্বী তাকপীরে য়েংড়ুনা চংলো। লোইরে।

ইবোঃ—ঐখোইগী ঙসিগীসি গরম ঙাক থেংনখ্রে—অমুক্তা ইংনা ফমড়ুনা লৈরুশি। গৌরোনঙ শেল য়াওরিবরা, হোটেলদা চা খরা থকউশিনা, নহাক্কীদমক ব্রা কয়া য়াম্লবনোদোসে—নঙ অসিদা থিং শিজখ্রোগবা।

গৌরোঃ—চংশি চংলো—পীজগেনে, গৌরনবু শেল ব্রাংপরা। য়াওদ্রে, শোম্তুনা নপূক থন্নবা পীজগনি—চংসি চংলো (চংখিবা)।

## ওবা উৎপা

ধনসিং পাঞ্জিগী য়ুম মাঙ্গোল অয়ূক—

ধনসিংঃ—(কুঠিনচিংবা য়েংননবা লাইরিক লাইশু মমাঙদা থমতুনা) হাই কনা লৈবগে হিদাক হাল্লকউহায়। (চাউন্নু চংলকপা)।

চাউন্নুঃ—হেক করিগুম্বা থবক অমতগী অস্থম লাকচবনি—ঙরাং নহাল অসিদা অঙাংশিং খরা ওঝাগীদা লাকলমবরা··· ··

ধনসিংঃ—করিগীনিনা··· ···কামিনী মচাখোয় নত্রনে?

চাউন্নুঃ—মখোয়ত্থ দশা য়েংগনি হায়তুনস্থ হায়রম্মী—রা অমতা হংজগনি হায়রম্বনিমা ·· ···

ধনসিংঃ—লাকলম্মী ·· ···এনা খোথোংপা ফাওবিগ্রবনি—মপুক পেল্লমান্নে শেল থুমস্থ য়াম্না পীবিরম্মী - করি খোরুবিবগে ইবুঙো অত্থবু পোকপা ওইরবরা?

চাউন্নুঃ - হোই ইচা হায়বত্থনি।

ধনসিংঃ—করম্না করম্না··· ··

চাউন্নুঃ—মমাগী মরিদগীনিদা

ধনসিংঃ অত্থ করম··· ···

চাউন্নুঃ - নীপা মচা গৌরমনি অত্থ মমানা লুহোংবিরগে হাইনা নীংলমলে অত্থদা হুপীস্থ মানা হেক থনজরে—মাগীদি ওজাবু মাসি লৌদ্রবদি মহায়রবনি— অত্থমকপু পকৃন ন্নাইন হাইবত্থ

অমুক্তং য়েংত্রবদি (য়েংলগা) কৃতিকা দেবী হায়বসিবু ইবেম্ম-
গী নত্রনে।

তোনঃ—হিঃ মত্নদি ঐগীনিনে—করিগীনো মানা শেরান তুরান
পীরকইবা অসিবো।

ঘনঃ—শোয়দ্রে অতো, মত্নদি নহাক্কীনি।

চাউন্থ—অত্নদি করম তৌগনি……ইবেম্মা কোম্না তৌসি হায়বরা
করম তৌবনা ফগদগে……

তোনঃ—ঐ অমুক্তা চেনজক্ষখিগে · থবক তরেং তরা থোকপা
ঙম্মবোই · …অচ্চা লাকপু লাকচৈনে (খোকখিবা)।

চাউন্থঃ—মুপীমচা অসিগী চক্রি অসি লুখ্রেদা—পক্নরবস্থ থবক
অসি কয়া লুখ্রবনোদোসে…

ঘনসিংঃ—খঙদ্রেদা হুজিক কালগী অঙাং অসিনা মপা মমাগী
ব্রা হায়বা অসি ওন্থোক্না লৌখিদ্রে। মানা মানা নিঙবা
অদুতা তৌগদবগী হোৎনবদা ফৈ ফত্তে বিচার তৌবা
নত্তেনে। অসিননে নোংজু নুংশা ইচিক ইশা ইওন ওন্ন-
রিবসে…

চাউন্থঃ—করম্বনো ঙাইহাক্তং ঙাইবিবা মতারেনা…

ঘনসিংঃ—ঐগীবুদি কবিস্থ লৈতে অস্থম ফমত্নুনা মরৈগদবনি
ইবুঙোখোয়গী থেঙগদ্রা হায়বগী রানি। মৈনা পৈশা ১।২,
১।২ থাদবিরম্বনা চিঃ লাউনা পাল্লি হায়দনা পাঞ্জি কৌবি-
রনি। হায় হিদাক অমুক্তা ওল্লকউ তারিবরা কনা কনা
লৈবগে।

## ৪বা উৎপা

### বিনোদিনীগী ইংখোল—লৈকোন

(বিনোদিনী লৈ অমা শেগায় শেগায়না ইশৈ)

ইশৈঃ—

মীনা নিঙঙী অমা
লাইনা শীল্লি অমা
হায়নিঙাই লৈতে তাইবংপান ॥
অসিবু ব্রহ্মা নংগী খুৎশেম্মকলা
য়ায়দা হে শানৌ নহাগী পুন্সি।
মৈরক্তা হিংবগী শরুক্তি
শিববু তরাম্না কোনজগে।
মিনাইদবী লৈরাংশা
মুজাগী অরাবা উরগা
থেকনা নোকইবোইদকো নখোয়দে।

(লৈপান ময়ামদা মথুৎনা হাইজ্না শাম্নবা)

(তোনশীজ চংলকপা)

তোনঃ—হায় ইশৈ হৈবি, বিনোদিনী! বিনোদিনী!!

বিনোঃ—করিনোনে অঙাওবী অসিবো—লাক্কদৌমথে কৌরিবা অসিবো।

তোনঃ—অঙাওবীককা হায়রদনা—নং ঙসি চোপকেরা? হঁ চোপকেরনহায়! আচ্ছা!!

বিনোঃ—'নোক্ত,না) করিষু তৌরবগে!

তোনঃ করি তৌরবগেবু হায়বা সাইনে কুঠি পীযুমে, করিগীনো নংনা ভাওশিন্নরিববো!

বিনোঃ পীগ্রবদাইনে (নোক্ত,ন)।

তোমঃ—মপাগা নমাগগী কুঠিনা নমাই মকোক তৌগঞ্জা—

বিনোঃ কনাগী কুঠিনোনে পীগ্ন হায়ন্নীবধো।

তোনঃ—(থুম্দোবীনা মমিৎ ময়াদা থিন্দুনা) নংগী পীক্লমহায় —

বিনোঃ ঐগীদি করিগী ঐগী দশ' ফরি—

তোনঃ—(শোম্বাংমনা) নৱা নাইনবনিমে, ফররিগনি ইকায়র্দবী মাষথাবাসিদি।

বিনোঃ—(শাউনা) মথম তৌরবদি কোক হেক শিদোক্ষনি—(যুমলোমদা চংথিবা) (গৌরো ইবোতোম্বী কেশো চংলকপা)

গৌরোঃ—হুজিক চংথিবহু বিনোদিনী নত্রা.....

কেশোঃ—নত্তে...

গৌরোঃ—কনানিনা...

কেশোঃ—মীনি ..

গৌরোঃ—ইংখোল অসিদবু লৈশাবী অনি লৈরবনে ..

কেশোঃ—নংগী নমিত্তা লাইনা পঙউদা উহল্লব্রা...

গৌরোঃ—হঁ বিনোদিনী ওইরমাল্লেদা ঐবু মানা ওম্বোকনা য়েংনিংথিগ্রমাল্লে—মাগী মপুক অসিদা লাই অমা চঙলমাল্লে।

ইবোঃ—চঙগে হায়বা লাইমথৈ চঙজসন্ন—লাই মানবু কয়া কুইনা লৈবা য়াগবনো—পক্লেদা হায়রকথিসহু—ঐ তৌবি-

গে—লাই মমায় অহুদা সনা লুপানা পোপ হেক থাবদা লাইমাই থোক তাগদবনি—পক্লজে নমহুনা হেক্তা থঙভি-ব্রসে মী ১না অসি য়োখ্রবদবু .....

কেশোঃ—নংনা মপাল্লবরা! নপানা নিংথৌ ওইবস্থ নত্তা নমানা মহারানী ওইবস্থ নত্তা—চৈরাপ কুচু লিংদবদোনা, থৌনা-ফবসি নখোয় মঙায়রে হায়।

গৌরোঃ—ঐনা নিংজবগীবু হায়বনিদা—লাইনা করি তমগদগে হায়বা অহুদি কনানা হায়বা ঙমগদগে।

কেশোঃ—গৌরো, হৌনবনি–চানিংমল্লবদি লেক্তুনা তোকই হায়বা রাস্থ মরৈবনি—ইংরেজীদস্থ মহায়নবা অমা লৈবদাইনে "Man preposos god disposes"

ইবোঃ—নত্রে, নত্রে···লৌবা হৈত্রগা লাইরিক য়াঙ্গোল অমা পাহুনস্থ করিমতা কান্নদে হায়বহু নঙনা তৌরে কেশো। "Man proposes god disposes" হায়বা নত্তেনে "Man proposes woman disposes" হায়বনিনে। মুপীদা লৈবনে মুপীদা।

গৌরোঃ—ঙাওরি ফৈরি ইবোতোম্বী হায়বসিস্থ রা ময়েক্তি ফনা ঙাওভিনে কেশো। চৎনবী অমদি মানা হেল হেল্লি হায়বনি।

কেশোঃ—এঃ এঃ প্রাইভেট সেক্রেটরিগী প্রস্তাব শমর্থন তৌত্রে। মুঙাইদা হে চৈশু।

গৌরোঃ—কান্নদে কেশো ঐ অসিদা লৈবসে ফজত্রে চৎলগে নখোয়স্থ স্কুল কাগদবনি থবক অহু খরা মুম্না হংন খোৎনহুনা

তৌরকউ। শে লুপা অসি হুজিক্তা থাগী শেল থীরকপনি। অমুক হাপলখিনি হায়য়ু ঐ চৎলগে (চৎখিবা)।

কেশোঃ—করম্বনো ইবোতোম্বী গৌরো অসি হন্দক্কী থবক অসিদা শোয়রবদি মথক্লাই য়াম্না মুঙাইতবা তাখ্রে। করি উপাই তৌগনি—পক্লদেকক্কা থক হায়রক্লবদি করম তৌগনি।

ইবোঃ পক্লদে হায়গদবগী মতিকতি লৈত্রে। হিদাক থারম্মবনে। হুজিক তৌগদবা হায়ববু অথু অতপকী ল্লাদগীনি। অমা ওইরবসু অমা ওইরবসু কুপ্প লাকত্রিঙৈদা থবক লোইশিন্দবা য়াবা নত্তে। মহাক থোরকলবদি ইচাই চাইরণনি। এ তোনশিজ লাকলে।

(তোনশীজ লাকপা)

তোনঃ—করিনো ইবুঙোখোয় ইংখোল মতোন্দা করি ল্লা লৈবগে?

ইবোঃ—করি ল্লাবু ওইগদগে—পাঙ্গ য়েংখি হায়বা তারে—মরোল অমতা থঙঙ হায়দনা গৌরোনা থারকইবনিনে ইন্দোল।

তোনঃ—ইহে—হে—ঐসু ইকোই হেক কোইরুরে। পক্লবগীদি অসারাই মঙায়রে "লৈপুন্নি" হায়রে—অতুদা—

কেশোঃ—অতুদাকক্কা নত্তে লুহোংনবা মতম য়াওনা য়েংবিরকত্রনে।

তোনঃ—খোৎ খোৎপা য়েংলকলে, অতুদা মশা অসিনা……

ইবোঃ—ইন্দোল কনাসু জগোয় শাগে শাগে হায়দনা থোরকপা নত্তেদা—মাই মাই, ইকাই ইকাই হায়না হায়না লাইমাং য়োবা ঙাক্তনি—মাতুগী করিমতা থনবিরুগনু।

তোনঃ—অতুদা ইবুঙো ঐগী ইচা অসিদি মানা নীংবা অমা লৈমা-
লেনে অতমকপু মপাদা ব্রা অসি অমুক্তা খণ্ডহন্দবদি য়াদে।
হায়ববুদি মমাঙৈনস্থু হায়খ্রবনি—"খ্বাইনা অসিনা কৈ হায়-
বদো তৌরগা অতুমংায়" হায়তুনা হায়রক্রবনি। মসি
মানা ইবদি খরা মজত্রে ইবুঙোখোয়না খরা ইবিয়্রবা।
করিনো মঙ্গোলদস্থ চণ্ডদা।

কেশোঃ—মাঙ্গোলদা চণ্ডবা য়াবা থবক থোক্তে। ব্রা মবোল
হায়বিরগা খুড়াদা হেক্তা ইখ্রগে। শে চে অসিদা ইন্দোনগী
সই অমতা তৌবিরো। (চে পৃথোকপা).....

তোনঃ—ব্রা হায়ববু করিস্থ লৈক্তে—খণ্ডনরিবা অসিমংায় খ্বাইনা
ফরে হায়তুনা য়াথং থাগ্রে। হোঙলবদি কাক যাত্রাদগী
হেনগ্রবদি য়াম্না কুইনা য়াখিদরে হায়বিখো। নং খুড়া অতু
মশাস্থ ইঙম ঙমদে হায়না হায়রকই। মাসিদগী ইবুঙো-
খোয়না ফজনবা রাহৈ রাতা য়েংতুনা ইথিখ্রো। হায়না
হায়না থা ৩/৪ লৈরি মতুং অসিদা অমুকস্থ মঙনগনি। (চেদা
খুবী চহি তৌবা)

কেশোঃ—খুড়াগী ঠিকানাবু করি হায়রে "বেটাজি টি ইষ্টেট"
অতুগা পোষ্ট অফিসবু কম্রিনো।

তোনঃ—মাজবাট হায়বোযনা......।

কেশোঃ—অতুদি ইন্দোন ঐথোয় চচ্চরগে—শে (শেল পীদুনা)
মাসি মাগী করি করি থরা লৈবা হৌবিয়ু—পুম্নমক গৌরোনা
মরাইনা তৌজগনি। মাসি মরম্নাইনি মমাখোয়না অমুক
পীরখিগনি।

তোনঃ—এঃ করি তৌগবনো—ঐগী লৈজবা থরনা তৌহ্নুা মশাদা য়োঁহল্লক্লগা। মখোয় শেমজবা হায়বত্নুনি। (হঁবোঃ কোশা চৎখিবা) বিনোদিনী প্রপ প্রপ লাকপা)।

বিনোঃ—কয়া শিংলে—

তোনঃ—করিবুনোনে……

বিনোঃ হুজিক অস্বাইদা য়াম্না তিক্লখিবদাইনে—ঐস্মু উইয়ে

তোনঃ—কনানা নংবু য়োল্লবগেনে……ঙাইখো মুপীমচা নংবু গৌর-মনি অসিদা মরৈররোই হায়রিবরা—লাইনা য়াররোই হাই নংবো—মীনা তৌবস্মু থরা মখল্লু—থরা ময়েঙউঁ। নঙগী খুডাখোয় অহল লম্মলগী মমায় ঙাক্ত বর্দি নংস্মু ফজরোই খ্বাইগী মমাংদা ঐস্মু শিবা তারে।

বিনোঃ—হুকুম লৌখিগনি—অতুগা কোম্না হায়গনি

তোনঃ—কনাগী হুকুম চিস্থিবি অসিদি। খ্বায়না হায়বা ইন্দ্রগা নমা উবা মখৈ নংজগনি। নংগী মিংচৎ অমত্তা লৈরোই দবনি। ননীং তৌনা পানগে হায়রবদি নীপা অসিদা লৈরগা থোক্কনি হায়বিবনি।

বিনোঃ—শেলদি তাল্লগা ফংবনি—গুণদি লৈত্নুা ফংবা নত্তেয়ে—

তোনঃ—হি-ই মানা ঐঙোন্দা ব্লারকপিরিয়ে। অহাও অহাওবতা নথীংবোং কায়বমখৈ চাবদো কদাইদগীনো। লাইরিক অস্নুম পাত্নুা নৈরগা স্বর্গদগী মপুন থাদরকপরা? হন্নো হায়। গর্বকাস্মু তৌরিয়ে—গুণ লৈত্নুা চারা হেল্লগা কয়া-কুইনা পানবা য়াগনি হায়বগে?

বিনোঃ—চারা হেন্দুনা পানজগে ঐদি।

তোনঃ—নংনা অত্থম তৌরবদি নমত্তুনা লৈহনগে। মসিদি লম য়াম্না হেনগদৌরে, লন্নায় নিংঙোল অসিনি, থকসি খাশি ইনাই নাইত্রত্থনা।

বিনোঃ—শেল পাম্বা, শেল লৌরুব, মীনা তাইনজবা হায়বত্তুনি। লৌরুবনা লৈজরুবা হায়বত্থনি—নহা ফনা ওঃরি লৈরুবা য়াখিনি (খরা হন্দোকপা)

তোনঃ—করি লন্নায় নিঙোল—নচিন্দা বিত্থা পকইবা অত্তুদি নমাদা নপাদা অত্থম হায়য়ু হায়দনা তম্বরা—নচিন্দু শুগাইযুরা? হঁ মসিবুনে!! (খুত্তুমশীঙবা)।

বিনোঃ—(হন্দোক্তুনা) অওইবা হায়রবদি শাওরেদোসে......

তোনঃ—চরহায়! করি অওইবা হায়বদে মচোমপাক্তি ইনাই নাইত্রত্থনা—মন্না নাইবা ফাওবা পাম্মিগা পামদেগা নংনা পামদত্থনা চৎনগত্রা?

বিনোঃ হি-ই-মাত্র হায়রবদি মিত্তুম ফাক্কে—(প্রেং প্রেং চৎখিবা)

তোনঃ—থিদা মাসিদি (চৎখিবা)

অনিশুবা মতাঙ লোইবা

# অহুমশুবা মতাঙ

## ১বা উৎপা

গৌহাটি মেস অমদা লৈবা কা অয়ুক।

কুঞ্জঃ—(মচিন মখুৎ তৈথোক তৈথোক্লা চংলকপা টেবল মথক্তা ঘড়ি য়েংবদা চিঠি থেংনবা। কদাইদগী চিঠিনোসিদে (চিঠি ফাক্তুনা লেপ্ল ২ পাবা) (চিঠি পানা পানা চৌকি ওইনা চিংশিন্দুনা ফম্না ফম্না—পাবা চিঠি থম্লগা মমিং শেপখত্তুনা রাখল তৌবা—চুরুট চম্বা—মপুক নম্বা—খুজাই অমা পায়রগা চিঠি লাইরিক অমনা নল্লগা থোকখিব। (লালহরি থুনিং কাংনা কাংন চংলকপা)

লালহরিঃ—(চিঠি তপ্না লোথোক্লগা মখুৎ খত্তুনা মায়পাক কৌব) য়েংউ—

মাইপাকঃ—কনাগী চিঠিনো—

লালহরিঃ—শোয়বম বিনোদিনীদগীনি—তাও তাও (চিঠি পাবা)

ইম্ফাল

তাং ২৫।৭

তাইবুঙোঃ—

নচলগী মপাউথোন তাবিয়ু। কনাগুম্বগী খুজিন্দগী নিঙোল মমং অনি ওইহ্নু তামো ''নচনগী ফিভম লেপ্লিয়ু। মবুংগী

আশা মতুংইন্না থবক পুন্নমক তৌজগনি। বিনোদিনী বিনোদিনীগী নত্রে। থোইনা হায়জনিভাই লৈজদে।

ননাও

বিনোদিনী

(লালহরি মাইপাক্কী মনমগন্দা হন্দুনা হন্না হন্না য়েংহুনা চৎখিবা।

কুঞ্জঃ—(কুঞ্জ চংলকপা) (মচুবা মেত্তুনা রাখল তৌবা চে কলম পায়খত্তুনা ইগে তৌবা—কলম থম্বা, য়াম্না চিংনবগী রাখল তৌবা ভাইহাক লৈরগা মচিন্না হায়না হায়না চিঠি ইবা।)

বিনো—

চিঠি ফংলে। করিস্ত লৈতবা অদুগীদমক করিগী অতুপ রাবগে। নহাক্তি ঐগী থম্মোইনা লেংদনা লৈরিবনি। ঐখোয় অনিগী মরী তৎনবা করি-মতা লৈতে। ঐগী থম্মোইদা নংগী লম্বী চাউনা হাংহুনা থম্মিবনি। মীগী মমাংদা লমকেৎ লমহায়বা উৎপা য়াবা নত্তে। অহল লম্মলগী য়াথং মুন্না থল্লু, করিমতা চিংনগনু।

নহাক্কী

কুঞ্জ

(হন্দুনা অমুক্তং পাবা থুপচিল্লগা এনভেলোপ মহুংদা হাপ্পা ১সুং থোরকপা)

(লালহরি অমসুং মাইপাক চংলকপা)

লালঃ—বাবু কদাইদনো—

কুঞ্জঃ—বাবু অসিদা চিঠি অমতা থাদকগে, করিগীনোনে ?

লালঃ ডিক্সনারি অমুক্তা য়েংগে হায়দুনা তৌবনি……করিনোনে য়াম্না রারক রাতেম্বগুম্বা রাকাম্ব হায়ফেৎ তাববো।

কুঞ্জঃ—করিস্ব মত্তেদা ঐখোয়গী ইমাক নীপা অদু মমাগা থংনৈ গৌহাটিদা লাক্কে হাযযে অদুগী রানি চিঠি থুনা পীহো-দ্রবদি অসিদা কোক লাক্কব্রা হায়দুনা হংল্লিবা চিঠিনি। অদুদি ঐ অমুক্তা চৎলুখিগে (চংখিবা।

লালঃ—( লাইরিক ফাক্ক যক্ক ) ভাই রাখুম অম তৌখ্রে হায় গৌহটিগা ইম্ফালগসি অমুক লাপথোক্লথরে

মাইঃ—মানা পারকপদবু "নহাক্তি ঐগী থম্মোইদা লেঙদনা লৈরি-বনি—ঐখোয় অনিগী মরি তংনবা লৈরোই—ঐগী থম্মোই-দা নংগী লম্বী চাউনা হাংদুনা থম্মিবনি…………লমকেৎ লমহাইগম্ব" হায়বা নত্রনে !

লালঃ—মাম্নিনে মাম্নিনে অদুদা ..

মাইঃ—অদুগা মানা লোৎলাক্লদুনা তৌরিবসি করিগীনো মসি হয়েংদি মাক হায়দোক্লবদি—

লালঃ—কাম্নদে নথৌ ইথৌ লৈতে। মাগী বিনোদিনী অসিগী হাকথক্তা কুঞ্জ অসি শিগদোরিবনি। চৎশি চৎলো।

## ২বা উৎপা

### লম্বী হুমিদংৱাই

কেশোঃ ইন্দোন কদোমদগীনো ?

তোনশিজঃ—ইবুঙো, ইন্দোন থবক অমতা চচ্চরুই। করিনো নারু য়েক্ল্ব্রা ইবুঙোবু ইউ উদববো।

কেশোঃ—ইন্দোল ঐ ঙসি ১৪/১৫নি অসি নাত্থনা লৈরুরে করম করম তৌরিবগে।

তোনঃ - করি তৌরুগনি নংগী খুড়া লৈত্রবনিনা লুখ্রাবী তশেংলে।

কেশোঃ—হোয়নে ইন্দোন, ঐদি নাত্থনা লৈরুবনিনা নোম লিকপস্থ করিমতা য়াওহৌদ্রে কর্ম্মদি করম করম তৌত্থনা তৌথি-বগে ?

তোনঃ—কর্ম্মগীবুদি ইবুঙোখোয় খ্বাইগী নপান্দগী মীগী লমন থুম্মন য়াওদনা লোইখরে। গৌরমনিনা মপুঙ পুথোক্কনা শোনথ্রবনি। নীপামচা অসিগী লম্মন অসি করম্না শিংগ-দগে হায়দনা ইন্দোম্না খনবদা নচল অসি হায়নখ্রিব মখোয়গী মতম অসি শোয়দনা হেক কথোকপা ঙম্মগা ইন্দোনগী হুংঙাইবা হায়বা অত্থ ও রগনি।

কেশোঃ --ইন্দোন থেমত্থনা শিজিন্ন রবমথৈ ইয়া য়াবনি—মাঙোন্দা শাউননবা তৌরুরবদি হাও নাতংপগুম্না তৌবনি মানা হায়বা অত্থদগী হোংউ হায়বা য়াদবনি।

তো-ঃ হুজিক নচনগী থবক অসি লোথ্রবদি মাইঙোন্দা করি

হায়রুনিঙাই লৈত্রে। ননাও অসিগী ঐগদি দেশা উপাই অমা তৌছনা অক্সম মরৈজরগে মখোয়না য়েংঙোই হায়-ছনস্থ য়াবা নত্তে মাবুদি ইন্দোমা ইচা নিপা অহন্নি হায়না নীংজররনি ।

কেশোঃ ইন্দোন মাছু লোইখোকখিবনা ফরে। মিঙোম্না য়ুমদা কুইনা লৈরগা ইন্দোনখোয়গী নাকোং ৱাই চিনবা কোক চাউবা হেঙ্গৎকদবনি—করি হায়বদগে ইন্দোন?

তোনঃ—চুপ্নিনে ২ ইবুঙো-খ্বাই চংতুনা খিত্তা লোইশিন্নবা তৌরসি। ইবুঙো লেঙঙো, ইন্দোস্থ অমা অমা তুক চচ্চকখিগে ( তোনঃ চৎখিবা )

কেশোঃ—ইস লাক্লেদোসে—অমুক চবেৎ চবেৎ ঙাংঙরনিদো ( ইবোতোম্বী লাকপা )

ইবোঃ—করিনো ছজিক নথন্তা মুরুম মুরুম শোনখিবদো, শেংনা হায়য় ঐগী মরমদা খরা ঙাংনখিমাল্লে ছজিক চৎখিবত্র তোনশিঙ্জ নত্রা? হায়য়ুনে নমিৎ অদু কোইরপ কোইরপ য়েংখি হায়য় ।

কেশোঃ— চরোদা করি কান্নবা ঙাওশিন্নরিবনো- হকচাংনা হকচাং ঙমদবনে।

ইবোঃ—করিনোনে ঐনা নংবু নেক্তুনা নাহনবদোনা তৌরি-বসিবো ।

কেশোঃ— নত্তে নত্তে ইবুঙো, ঐ চৎলগে

ইবোঃ—ঙাইখো! চৎপা ৱাদে ৱাব্নি তাখো—

কেশোঃ—করি খারিনো তানিংত্রে—

ইবোঃ—তাদবা য়াদে তাও—তাত্রবদি উত্রা ( লীচৈ থাঙ্গংপা ) গৌরমনিগী লুহোংবা শোয়ত্রে—গৌরো মপুকনিং যাগ্না ঙং-ঙাইরে—বিনোদিনী গৌরোদা নত্রবদি য়ুম পাল্লরোই হায়রে হায—ঐনা হায়বা শোয়ত্রা গৌরোনা কৃষ্ণসু শারি, জগোযসু ঙাক্লি। ঐখোয় চঙবা য়াদ্রে—অমুক য়েংঙদ্রে লোইরে।

কেশোঃ অতুদি কুঞ্জদি তোকচরে? থাজবদি থাজদেদা কযাবু কুইনা লৈশিল্লগবনোদা, থাজদেদা ঐদে, ইবোতোম্বী।

ইবোঃ অসিদগীদি হুইমুক তেথ্রদবনি হুপীগী পুকচেলবু কনানা তম্বা ঙমগবনো

কেশোঃ—অতুনিদন? নং কদোম চৎকদবনে ঐ চংলগেনে।

ইবোঃ রা অমসু লৈরি মতাশিল্লু হয়েং তুংদ নবুদ্ধি ওইহৌগনি লাইরিক লাইশু ইবদা মচাক ওইরগদবনি থিঙ্গোম রমনীগী রা তারত্রা।

কেশোঃ—মচা পোকদোরে হায়বদু নত্রনে?

ইবেঃ নঙ অমা ইখঙ হেক খঙদনা অথঙবা কয়া শাথ্রে নঙনা খঙগদবদি লগুনগী সায়েপ মতৈ মনাও থংনবগী ৱারিকা অতুনি মনিপুরগী রাদি নঙনা খঙবা ঙম্বা নত্তে, তুমিন লৈয়ু

কেশেঃ—করি খঙদনি ........

ইবেঃ—অতু দ তম্মো তম্মো! ঐ তাগে লাল্লবদি নচুবা তেকনি ..

অত্থদগী করি! কবি!

কেশোঃ—মচা পোক্কদৌরি হুজিক করি তৌগে হায়রিবগে?

ইবোঃ—ভুং নংনা কনি খঙঙ্গি—ঐ রারিদু তৌবিগে। পাউ তম্বদা মীন হুংঙাইনবা তম্মু। মতৎ-মতৎ করিগীনো। শে তাও মচা পোক্কদৌরে হায়বদি কুইরবনে পোক্কদৌদুনা অম্মুম লৈবা য়াবা নত্তে। মচা পোকলে মশা অদু মুং-ঙাইতবনা অদুপ ফজবদো মশক খঙ্ত্রে।

কেশোঃ—অঙাং অদুদি কনাগী মচানো? নীপাদি কনানো?

ইবোঃ নং হুজিক্তা ইনৌ নৌনা হঙ্গংলকইবা অসিবো কুঞ্জগী মচানি হায়বদো কাওরবোইরে।

কেশোঃ—ইহে কাউশোকউরে হায়……

ইবোঃ—কুঞ্জ হায়বদো ওস্থোক্লা ফত্রবা জীবনি। উইনম্লা কনখ্রিবা মমায়না পাখ্রিবা। মীগী মচা অসিনা মাংহল্লম্মেদোসে মা কৈদগী মুঙাইবা ফংগনি। জাংনদি অতোনবনিনা রমনী অদু য়াম্না খাঙজবনি অদুদা কুঞ্জগী উ'নম হায়বা অদুদি "হা হা-হা" হায়দুনা হায়দুনা হেক লবনা "হোয়" হায়খ্রিবা ফাওবা হায়বা "হা"নে। মসিদা সৈতা তৌদুনা খাঙ চিক্নুনা মীগী মচা অসিগী ধর্ম্ম থুগাইরম্মগা চেনখিদুনা তৌরিবা অসিনিদনা

কেশোঃ- মানবু মচা নত্তে হায়রিব্রনে?

ইবোঃ কনান খংগনি—মাদি চেনখ্রে ময়াম্বা অসিনা ইনাওগী মরম্না ওৎবা অওইবমক ওইরবদি হায়দনা ইরেন নমশিন্দুনা

থম্রে। রমনী থা শুড্রিতৈদা মচা অমা পোকলে মচা অত্তু যম্ভি শুজা য়োড্রিতৈদা কোক শিদোকলে। মাসি থোক্কনি হায়দম্মা রমনী অত্তু ওম্বোক্লা য়াম্ম থাজদবনে।

কেশো:—করিগীনো, বিনোদিনী খোয়নদি অত্তুপ য়াম্মা তোরগা রমনীনদি ইয়া য়াজদে হায়বা অঁসিবো! হুজিক্কী পাখঙনবু অফ কত্ত মাইথরনে?

ইবো:—ইহে নঙ অসিদি ব্রা অমুক ইনৌ নৌরে—কদাই চুরুট য়াওরিব্রা অমতা থকে (কে: চু: পীবা) রমনী হায়বী অসিদি মরাইবক থীতুনা নহানমুক্কী মপোক্তা মচা মব্রাদা থর লায়রকপনা হুন্দক্কী মপোক্তা মানা ফংজররীবনি। মাদি জ্ঞাণ য়াম্মা লৈবী তুপীমচানি তুংগী ব্রাখল লৈবীনি বিনোদনী খোয় অঁসদি ইথক্তা ইরাংদা চৎলিবনি।

কেশো:—ইবোতোম্বী চৎলসি হুজিক করিগুম্বা গৌরে। অত্তু লাক্তুনা উনরবদি ইহে হায়রিবৈ মক্তদা লাকএদোসে -

ইবো:—হায়রিবঙৈ মক্তা হায় হে হায়বদো তৌম্নেদনা……

গৌরো:—(গৌরো নোক্না নোক লাকপ) হরে হন্নে ঐনা থিরকপা অনিমক পুন্দুনা লৈরেদনসে—সলাম-সলাম (কেশো-পৈথোকতুনা লৈবা)

ইবো:—ব্লারে সারেপ-কুংভাইরেদা উয়েপ।

গৌরো:—মথোয়না ঐবু নীংথি শুঙাইবা অমতা হায়দেদা। করি-করি ব্রারিনো ঐসু থরা তাগে হায়বনে।

ইবোঃ ঙম্মরোই ইবুঙো "ওঁ গনেশায় নমঃ" দগী অমুক হৌব রাবীস্থ লোইরে।

গৌরোঃ লুহোংগদবা হুমিৎস্থ খঙ্গিক্তা মঙায়রে — নখোয়স্থ মরক মরক্তা খরা খরা চঙ্গোকরকউগবা।

কেশোঃ নখোয় মখৈ অদুম মতৌরোদা—ঐখোয়না ঙম্মখৈ হোৎনবিরমলে— হুজিকস্থ নখোয় পোবদি ঙম্মরোই।

গৌরোঃ — ঐগীদি মশোয়ররোই — নখোয়স্থ হুপী অমমমদং থিরিবদো ইথনতা টকাইরক্কদৌরে।

ইবো. ইবুঙো নংদৌনা কৃষ্ণ শানা জগোয় থাকপদ্দি তৌররোই ভাই (কেশোদা ওনশিন্দুনা) অসোমগীদি থংদে।

গৌরোঃ— মসি তুম্মিন ২ ঙক্লবা জাৎনি

কেশোঃ ঐ চৎলগে ঐ য়াম্না হৈনত্রে— ঐদি অয়ুক্তা অরুম হৌরুরিবনি।

গৌরোঃ থাইখোনে ভা চুরুট অমমমদংদস্থ থকমিন্নখিগনি (চুরুট পুথোরকপা) নখোয়বু হা ······

ইবোঃ হুম গৌরো ঐ থেঙনা হনবা য়াত্রিবা মীনি ইথক্তা কেশ লৈরিবনি পাবুংথোয়, ইমাথোয়না, ঐবু থাজদবগী লোই· রবনি। হুপীকা থিবা য়াত্রি।

কেশোঃ—করি তৌরুরে।

ইবোঃ —হেরা নহান নোং য়াম্না তাবা হুমিদাং অদু (তুমিন্না লৈবা)

কেশোঃ—চোৎলবা?

ইবোঃ—ঙাইখো তাখো······ইকাইহুনা তমথোকতহুনা থম্মিবনি

ঙসিদি হায়দোক্লগে।

কেশোঃ—থুনা লোইশিন্নবা হায়দনা তৌবনি...অদুদগী করম তৌবা

ইবোঃ—খোংউপদে করিনে কুপ্পা কাওবদুনা য়ুমদা হজিনখিবদা ঐখোয়গী মা পুন্নমক তুম্মম্মে ইমাদি ঐ লাক্তি হায়দনা ফুঙ্গাদা মৈ মু·লি মুংলি থারদুনা লৈবা উ"এ—ঐনা "ইমা' হায়দনা কৌবদা খোঙ ক্রোক হাংদোকই——"থাউমৈদি কৈদৌরে ইমা" হাযবত্তু "থাউ পামমুদুনা থাল্লিবনি" হায়রে থাউমৈ চুথংলে ফি হোংদোক্লে—চাক চাথংলে—অদুদা ইমানা "ইবুঙোখোয় থরঃ থরা ব্রাখল তৌজো হুপী নহা থিদুনা নচা পোকপা য়ারবা নঙনা কাওশিন্নদুনা- চোইজ্রং পাজ্রং তৌদুনা লৈবসি চুমদ্রে" হায়দনা হেক হায়রক্ত। অদুদা ঐসু চিল্লাল থারাল ও'না 'থিবিদদনা তৌবনি" কোক হাযজল্লুরে অদুদা পাবুংদি তুম্মমদ্রবোশরে "হায় থিবোংজাউ" মচোম মপাক্তি ইনাই নাইদ্রদুনা" হাযদুনা হেক লাউরকপবু খংপেক খঙদি—ঐ হেক নমথৈয়ে। অদুবুনে চাবদ তোক্তি. য়েনশাং অদু কয় হাঙরমদ্রে - থর থর মোন মোনসু লাউই—থরসু শাই অমুদা ঙা অমতা হাপলকউ হায়দনা হায়জিল্লুবে অদুদা ইনানা "ইবুঙো অসি নত্তবদি চাইনা সিল্ক মচেং শেত্তুনা চাও" হেক হায়রক্ত অদুদগীদি দাই য়াত্রদুনা চীন তেংদুনা তোক্লে ফমুং চংলে - ঐগী ফমুংদো নোং থরা য়ুরুমলে—অদুদা "ইমা ক্লি অয়ুতা ক্লাখল মথক্লা কুপ্পীয়ু—লোঃ য়ুরে"

ছায়জিল্লুরে অতুদা পাবুংনা করি হায়রকপগে হায়ববু "ইবুঙো খোংউপ অত্তু হেক তোংশিল্লু" হায়দনা হেক হায়দোরক্লে। ঐ রা ঙাওত্রে - তুমলে —মসিদা নুপীথিবা য়ারিব্রা ৺ইন্দুনা য়েংউ। মাসি কনা অমতদা তমথোকউম্লকো য়াম্না ইকাইবা রানি।

কেশো:—নখোয় নমাগা নপাগদি অত্তুগুম্বদা ঔরাইত্নুনা লৈরবোইরে

ইবো: —গৌরোমনি হায়বা নিপা অসিদি হায়বিগে কেশো, ঐখোয়না হেক পামদবমথৈ তৌগদৌরিবনি—

গৌরো: করি রানো নুপী হায়বা অতুদি য়াম্না লুনা তৌগদবনি মখোয়দি ওইগী পাম্বোনি—অর্দ্ধাঙ্গিনী হায়বত্তু কাওরব্রনে?

কেশো:—মসি হিদাকস্থ তৈরে গুলিস্থ উম্মে হায়—

গৌরো: - করি তৌরবগে—ঐগী নুপীবু লোয়নতুনা চ পা মাগী পেম্নবা তৌবদা কনানা করি হায়জরগদগে?

কেশো:—নত্ত অসিদি হায়বিগে.........

গৌরো: ঐন হেক হায়বদা নখোয়না ত্তুকা অতুপ খিরিব সবু ক'রগীনো লম্বেনদা খাইস্নু ফন লোয়নতুনা চৎপা অসিদি নোংমতস্থ রা অমতা হায়রুব ঙম্মিরোই।

কেশো: —মসি তৌগদবমথৈদি লোইরে হায় ষনবী লৈজ্রিঙৈনা হোদোং হাংপা হায়বহ তে রেনেকো চৎলো চৎলো কাম্নদে থদাও চোক্করনি (চৎখিবা)

## ৩বা উৎপা

গৌহাটি, ব্রহ্মপুত্র মপান হুমিদাংরাই।

( কুঞ্জ মথন্তা লৌচে অকোনবা অমা পায়ত্তুনা তপ্না তপ্না হৱা চাবা, ভাইহাকস্থ চপ লেপ্পা, মথন্তা মুরুম মুরুম শোনব, খরা চৎলগা ক্ষমথবা লৌচে মরেঙবান্দ ভাত্তুনা মফম অমতদা হন্না হন্না চিংবা—ফুরিৎখাউদগী কোটো অমস্থং চিঠি পুখোক্তুনা মুন্না য়েংবা হন্না হন্না পাবা ৱাখলগী লাংদা লবগী মওং—অৱাবগী মীনোক নোকপা, চিঠি কোটো ফুরিৎখাউদা হাপচিনখিবা—লালহরি তুংলোমদা লাকপা )

লাল—করিনো কুঞ্জবাবু (কুঞ্জ খংত্তুনা য়েংথোরকপা) করিগীনোনে অসিদা তুমিন ক্ষমহুনা করি ৱাখল তৌরি ? মেসতা চৎলুবদস্থু লৈরমদে।

কুঞ্জ—উমানন্দ সিনারী য়েংলিবনি।

লাল—এঃ এঃ খুম্নবা শেমহৌদবদগী শোয়খিবা মানখ্রেদা উমানন্দ'দ তুংলোমদা লৈহৌরগা—কদোমদা য়েংবিরিবা—( কুঞ্জ হায়রপ ইকাইবা উৎপা ) তৌগকো সৈত্য মীনা য়াম্না হায়নরে—ভাব খরা চোইরমাগ্নে ... ... ...

কুঞ্জ—করি করি হায়নরবগে— মীগী অশোয়ববু লৈতবা হৌনবরনে... ... ...

লাল—খ্বাইমক্তা লৈবা ভাক্তনি অত্তদা বাবুগীসিদি ইবেম্মশিং

থরগী অশোয়বা ওইরবরা করিনে।—এ ঐগীসি চুম্না হংজ-
রিবনি ।

কুঞ্জঃ—করি কান্নবনোদা·········ঐখোয় তাইবুঙোনা করি করি
হায়জরকই—চিঠি পীথি হায়বদি তারে—

লালঃ—করিসু হায়রক্তে—ঐনা হায়রিবসিদা ভাব তাবিরো—
পাখঙনা মথন্তা চিক্লা লৈবা পাম্লবা। চান্নবা মরূপ মপাংমক
লাক্লগা নাথৈহুনা চংলবা শোয়দ্রে মপুক্তা শৃঙ্গারগী রথ
লৈরবনে—করেম্নহুনা, এঃ ব্রহ্মপুত্র! মীনা লাইন ২ হায়বদি
চুম্মিদনা—মীগী অরাবা উবদা ঈচেল হঙ্গংনা চেল্লেনেসে।

কুঞ্জঃ কদাই কদাইদগীনো পুশল্লকইবশিবো ঐ অসি খ্বাইগী
মিংয়েংফম অমা ওইরমাল্লে—ঐসু মহু খর খর মখঙজেয়ে।

লালঃ—খঙবিবদি য়াম্না চুম্বনি। মাহু খঙবিদ্রবদি পরীক্ষা থাবা
য়াররোই অহুগা মীনা য়েংশিল্লকপা হায়বা অসি অংকপা
খরা লৈবহুনা তৌরকইবনি। বাবুদা অংকপা খরা লৈর-
মাল্লে—করি হায়বগে? মুংশিং শিত্তনা উনা লেঙদে নত্রবরা?

কুঞ্জঃ—করি অঙকপা ···

লালঃ—নত্তে নত্তে শাওবিখিগন্ ঐ হায়ব অসি বাবুগী ফননবা
তৌবা নত্তনা ফত্তনবা করিমতা হায়জদবনি। মীনা অমুক
হায়নবদা য়েনশাঙ মহাও খঙদবগুম্বা—ভসিগী য়েনশাঙ ভাঙ-
নরিদৈা ঙরাংগী পুশিল্লকপগুম্বা খঙহোদনা পুক্লিংগী র।
মপাল থোকখিবা অসিগুম্বা খরা শরা উরে। হুজিক ৱাখন
চোইবা মতম নত্তে। ঐনা থোইনা হায়হুনা কান্নদে।

চথোকলমদাইদা ঐবু হেক হেক হৌবিবম্মু। মী তিন্নবগা অরাবা কোকপনি—রাখল চোইববদি থবক মঙ্গল ওইবা রাগনি।

কুঞ্জঃ—ভাব তাজবে লালহবি বাবু হাযসি হায়বগী মহাযবনি বাবুনা হাযবদা চুমদবা ইযাও যাওদে। ঐ অসি রাখন অমনা পুরে। মসি কোক্লবা উপাই অসি উবা ফংদ্রে।

লালঃ—মতম পুন্নমক্তা ঐবু থাদোকপীগন্নু। বিনোদিনী কবিস্থু লৈতবনি। মহাক্তক্কী বাবুগী মিংদা থীগনি অদুপ মমল য়াম্লবা পুন্সিবু কবিস্থু লৈত্রবী নুপী মচা অসিগীদমক মাঙ-হনবা পাম্মুই – ভাব ত বিযু, ঐন ঙাংবা রারোবিগন্নু! পরীক্ষা অসি লোইবগা রা পুন্নমক অসি তান চাগনি মাসি তাই-বুঙোনা ঐগোন্দা য়াম্না কন্না তাকপিরকই। চ লসি কার্জ্জন্ হোলদা লেকচব লৈ, তারুসি

(কুঞ্জ, লালঃনা চিংদুনা চংখিবা)

## ৪বা উৎপা

### গৌরমনিগী য়ুম নুমিদাংবাই

বিনোঃ—(হিদান কাংথোন মথক্তা মোন ময়াদা কুঞ্জগী ফোটো থম্লগা মচুবা মেত্তুনা য়াম্না পুক্লিং চঙনা মমিৎ কুপ্তুনা য়েংবা) নঙদি ঐবু কাউরবরা ঐ অসি কনাগীনো! (ফোটো মথবাক্তা কোন্দুনা মোন্দ মমায় ননশিন্দুনা হিক-হিক কপ্পা)

গৌরোঃ --(মপান্দগী) ইমা ! ইমাঃ ইমাদে !!! (বিনোদিনী ফোটো মোল মথাদা নমশিনবা মমিৎ মমায় তৈথোক্তুনা হান্নগী ফিভম হনজিন্নবা হোৎনবা) বিনো! (চঙলকপা) করিনো বিনোদিনী, কপউরবরা, নমায় নমিৎ ইঙাং ঙাংবদে।

বিনোঃ - কপউই……

গৌরোঃ— ক'রগী ?……

বিনোঃ— করিগী হায়বসিবু করিনো ?…

গৌরোঃ - করি তৌরবগেনে ?

বিনোঃ কনাগী খরায় মুঙাইফম থোকপগে—চাউরবা য়ুমজাও অসিদা ইথন্তা হুন্দোক্তুনা থমবিরে অবোক তৌই নোং ঙানবদগা চঙুনদ মরে ·· নীপা মচা অমা লৈবসু য়ুমগী মথাদা ভহাক্তা লৈতে ·····

গৌরোঃ নংবু শঙতুনা লৈয়ু হায়রিবরনে ?

বিনোঃ - ঐবু শংতুনা লৈবিয়ু হায়বগী ৱা ঙাকসু নত্তে -- হুজিক অসি ঐগীদদি মুংঙাইরবা মতমনি। মীওইবগী মুংঙাইরবা মতম অসিদা ঐবু ইতোমতা থম্বীরবদি ঐবু করিগীনো হায়না থল্লক্তুনা মুংঙাইতবা ৱাথল পুন্নমক লাকই- ইমা ইপা নিংশিকলক্তুনা শিথ্রবা ইপা অতুবু অরেম্বদা থল্লতুনা খরা কপউরে। অসিদসু নত্তনা ইথন্তা ঙায়বা মতমদা মুপী মচানি হায়তুনা নত্ত নত্তবা লুট পাট ইজৎ মাংবা থবক কয়াসু তৌরকপা য়াই—মাদু থোক্রবদি করি ওইবা হৌনবগে— অসিবু খল্লুরগা কপ্পোইদবা কনা য়াওবগে ?

গৌরোঃ—চুম্মি বিনো ! অদুগা (তুমিন ৈলখিবা)।

বিনোঃ—করিনো "অতুগা" হায়রগা তুমিন লৈরবদে ?

গৌঃ – হায়দোকপদি ঙমপ্রে বিনো। লুহোংব্রিবৈদা নহাক অসিনা ঐবু ওন্থোক্না য়েংনিংদনা তৌই হায়নৈ মাদুবু থাঙ্গৈশেংনমক অওইবামক্লা বিনো ?

বিনোঃ হায়নরবদি ওইবা তাইদনা। ——হুজিক্তি নয়ুমদগা লৈরে, ঐগী নীপানি হায়দুনা সেবা তৌরি। করি অমুক হায়গ্ন হায়রিবনো ? ( শকফম হ শুন্দুনা ) অঙাং ইমান মাল্লহুনা ইকাইজৈদা !! ইংনা পানসি হায়রবদি থাইনগী রামন কাউসি। অঙাং ওইরিবৈ ইথুমদা ইনিং তৌরিবগী রাবু পোপথোক্লরবদি তিন্নবা রাবা তাই।

গৌঃ—ফাগী তৌবনিদা—শে, সো অসি লৌশিল্লু ঐ অসরাই ফাউবা ঙহাক্তা চথোকউগে—(শো—লঙশিল্লকপা গৌরো থোকখিবা)

বিনোঃ—মুংশিদেদা লৌশিত্তা খাজনা থীবা অসিনা তৌরিবসে ( ফোটো পুতুনা চখিবা হারমনি পুতুনা লাকপা ) রায়দা থরায়সে ঈশৈ শক্তুনা পুকনিং খরা ইংবা য়াব্রতুম য়েংগে (হারমনি স্বর পীতুনা আলাপ তৌবা হৌবা, গৌরমনি, ইবেতোম্বী, কেশো চংলকপা – বিনোদিনী হারমনি লেপ্তুনা কা অমদা চংগে তৌবা)

ইবোঃ করি তৌরে ঈশৈ তোক্লবদি—ঐখোয়দি অদু তাগে হায়দন অতম্ননা লাক্লগা (বিনোদিনী হায়ন হায়না চংখিবা)

ইস য়াম্না ইকায়থিরিপোৎনিনা—মী খ্বাইগী ছাত্রীদোনা তৌদেদনা সিদে—

কেঃ—অতৈ খ্বাইগদি করম তৌরগনা।

ইবোঃ—মাখোযদি কামিন্নবদা লেং থেংগাইদে হায়বতমঙাইদনা।

কেশোঃ—ময়ুম পাল্লবদি অঙাং ঙাক্তনি। (শৌদুনা) হা ইবেম্মা করি তৌরবগে— ঈশৈদো অমুক্তদি শকসিবা!

ইবোঃ—গৌরো, নংগী মুপী অসি হায়জবা ঙমদ্রবর ?

গৌরোঃ ইকাইদুনা তৌরবনি—কদাইদগী য়াগবনে ঐদা লৈবা ফাওবা শকউ হায়বা য়াত্রিবন।

কেঃ রাধে রাধে, ফজনা কনথ্রেদা।

ইবোঃ—অমুক্তদি হায়দুনা ময়েঙউদা! ঐখোয়সু ইকাইদৌরে

গৌঃ—(ইমুংদা চঙখিবা, মনুংদা) ফজন্রে হায়বান শে চৎলো হায়বা।

বিনোঃ—ঙস্মোই ইকাইদ্রনে হৈবসু হৈতনা।

গৌঃ—মাগী মমাঙদা ফজদ্রে—মীনা হরাউ হরাউ তৌবিবা অসিদা লাকও লাকওনে।

ইবোঃ—(মপান্দা) য়াত্রগা তোকওনা—মুংশিদুনা হায়বনি-ঐখোয়সু চৎলগে -তারিবরা গৌরো ভাই! (গৌরোনা মাঙ থাদুদা বিনো থোরকপা)

কেশোঃ—এ এ, এ য়ারেদনা—ঈশৈ অমতদি তাসি হায়বা রানি।

বিঃ—(হারমনি পায়দুনা নাম্নগী সুর পীদুনা আলাপ তৌবা হৌবা) ইবো, কেশো, পানা চুৎটনচি বা চাবা থকপা)

ইশৈ ফংজরে মাঙলান্দা লাইবক থীবী
রাধানা কৃষ্ণদা
ওইরমদ্রে তাইবঙদা মানা নীংজবা
হেজিল্লে হান্নগী ফিভমদা।
লাকলে আয়নগী সঙ্গাইদা
হোংদে নীংজবা মপুক্তা
নীংউরে চেংলবা পুকচেল্লা
কৈদৌঙৈ ফংগবা কৃষ্ণবু।

হৌগৎতুনা চৎখিবা

কেঃ—কনানা লেংবনো অসিদে।

গৌঃ—মানা—

কেঃ—ইবোতোম্বী, ইশৈ অসি ভাব য়াম্না লৈথ্রেদা।

ইবোঃ—অমতগা শকথো হায়ম্মবা—

কেঃ—চথোদা অসিমকম্ভু কদায়নো হায়বদা—

ইবোঃ—অত্তুদি চৎলসিদনা—কাম্নদে থেঙখিনবনি

গৌঃ—ঐস্মু অস্বাই ফাওবা থিদ্দোক্কে।

(ময়াম থোকখিবা)

## ৪শুবা মতাং

১বা উৎপা। সুমিদাংৱাই। বিধুমুখিগী য়ুম -

(কুঞ্জ চংলকপা

কুঞ্জঃ—কনা কনা লৈবগে?

বিধুঃ—হা কনা ওইরবনো ইমুংদগী)

কুঞ্জঃ—ঐনে ঐনে।

বিধুঃ - ঐ হায়ববু কনানো (থোরকপা) এঃ ঐদি অতোপ্পা মী ওইরবোই নীংঙি কৈদৌঙৈ লেঙথোরকপগে?

কুঞ্জঃ—য়াম্না কু রে।

বিধুঃ—অতুপ কুইনদি কদাইদা লৈরুত্তুনা উনদ্রিবনো?

কুঞ্জঃ– মীগী মরা মপাউ লোন্না তাগে হায়দনা লৈরুরিবা…ফিদা অমতস্থু থাউবা–ঐবু হাওনাইদৌনা।

বিধুঃ—ইকাউবু কাউথোকউরে—(ইমুং চংখিবা মুড়া অমা পুরকতুনা থাবা অতু—তাবিরিনিদনা মপু পানথ্রে হায়বা।

কুঞ্জঃ—কনাবো?

বিধুঃ—খঙশিন্নদবদি কাম্নরোই?

কুঞ্জঃ—কনাবুনো কনাবুনোনে?

বিধুঃ—মহৌশাগীদো

কুঞ্জঃ—বিনোদিনীবু নত্রদো?

বিধুঃ—(মমিৎ লাওথোক্তুনা) হোয়।

কুঞ্জঃ—মানা ময়ুম পানগ্রগা ঐত্তোন্দা কন্নি তৌবগে?

বিধুঃ—করি তৌবা হায়ববু করিনো—মাঙদগী চাকলুক শংখ্রগবু করি তৌবগে হায়বসিবো !

কুঞ্জঃ—হেরা ব্লারেম অদু ঙাওননবা মতম লৈজদেদা করম করমবু পাল্লিবগেনে।

বিধুঃ—চুংঙাইরিয়ে—করি হায়বিগে হায রবনো ?

কুঞ্জঃ—চুম্না অসুম হংবনি। শাউবু শাউরব্রা করিনো ?

বিধুঃ—শাউজদেদা ! ঐখোযদি হুজিক ভাব তাবদুনা পূক্লিং হল্লে মমাঙৈগী বিধুমুখি নত্রে। লাই নিংডুনা লৈজরে

কুঞ্জঃ—পুকচেল অতুপ মাংনা লাই নিংডুনবু লাইবু ফংগদ্রনে ?

বিধুঃ—ফংবা ফংদবা নিঙজবিয়ে।

কুঞ্জঃ—নত্তে নহাল ঐন পীখিবা চিঠি অদু ফংদ্রববা যাম্না শাউব শ্মিবা অসিবো ?

বিধুঃ - ফংভি ফংডুনবু করি তৌগদগে - পুকচেলদি ইশেং শে দনা করি কান্নবনো ?

কুঞ্জঃ—ব্রা অসিদি· ·······

বিধুঃ—"ব্রা অসিদি" নত্তে, হন্ন হন্না চোপ্পদি ইশা নহা নত্রবনিনা তৌরবোইরে। শক চাদবা লাকপা মৈদি খোঙ্গুল ব্রাই তৈজরবনে।

কুঞ্জঃ—ফনা ফৈনা তৈয়ু ঐ লাক্লমই হায়বা খঙদনবা—করিনো শাউগদবগী হান্না কাখত্তুনা লাইবিরম্মিবোইবে। চচ্চরগে ইবেম্মা ! দ ই ওন্থোক্লা য়াম্বিদ্রেদা। চৎকে তৌব )

বিধুঃ ব্রাবু হায়বনে, ভাইখোনে (কুঞ্জ অমুক ফম্বা) ·····চাকলুকসি হেক ঙম্বমথৈ চিংশিনগে খনমাল্লেনে করি হায়বগে ?

কুঞ্জঃ ঐনা কনাগী করি চিংশিল্লিবগে অম্থপ য়াম্ন প্রমান শান্থে তৌরিবসিবো ?

বিধুঃ – বিনোদিনী কাউরবরাউ।

কুঞ্জঃ – বিনোদিনী হায়বদে ?

বিধুঃ – এ-এ, হোয় কাউবনবু ফরেদা—

কুঞ্জঃ শে ঐনা হায়বদি অসিনি – কান্নব্রবা ব্রাথী অদুবু ৬াঃনদুনা খদাং চোক্লবনি হায়বনে।

বিধুঃ করম্না ?

কুঞ্জঃ শে ঐনা তৌবন খজিক্তা মীনা ঙাওনবিবনা শরুক চামা। অদুবু ব্রা ওইন থারুবা য়ারবরনে। লাইনা য়ারোই মতম অমদা মহাকপু– খজিক্তুংদি নাংলম্মী। অদুবু মাগী মরমচং মগী হুং ফেং অসিদা ঐনা ইথন্তা ব্রাখল তৌজববু ইপা ইপুগী ব্রাহৈদা "মকোক্তা মশম হৌরবদি লাইরুগনু" হায় বদো ইশোয় হেক শোয়রমদ্রে হায়বনে (নোক্তুনা) মশম অশা বা নখোয়গী ঙাং অসিদি করিবু হায়রুরগনি মশম য়াউদবা লম্বোইবা লম্বোইবীদস্থ লাক্লবা ঙমদ্রবদা

বিধুঃ – হায়নবা শোয়বা নত্রদো ?

কুঞ্জঃ – মাসিগী ব্রাসি তোক্লসি—ঐহাক খোয়দো য়াক্‌ম য়াম্না শাউগংকদৌরি।

বিধুঃ—করম্না ?

কুঞ্জঃ—করম্না হায়ববু করিস্থ নত্তে—থাঁঙ্গৈশেংন হায়রগে হায়বনি মাবু ঐনা লোগে হায়বা মানস্থ লৈগে হায়বসে থাঁঙ্গৈশেং-বনি– অদুবু মানা ঐবু ফুচলাই তৌহনা থম্লগা মাগী হুং-

ঙাইবা য়েংখিবা অতুগী ব্লারিবু করি শিল লৈতুনা শাকগনি।

বিধুঃ—খন্দুনা ময়েংবিয়ুদ মীগী তৌবিমল হায়বসে ফনা লুবনি। ঐখোয়সু অতুমঙায় মীনা তৌবনা অস্থম অস্থম হেস্তিল্লক-লবদি তৌনিংদ্রা পামদ্রবা থবক পুন্নমক তৌদবা য়ারক্তে চংনবিদা হায়রগা—পামদ্রবা নীপা অংদা নোংমত ওইরবস্থ লৈরুদবা য়াদে মাতুনি হুজিক বিনোদিনীনা তৌবিবা অসি।

কুঞ্জঃ—মীনা তৌগে হায়রবদি ঙমদবা লৈতবনি। মসিস্থ ঐ কাউদে।

বিধুঃ- হুজিক বিনোদিনী অসিনা কোক লাক্লবদি কমদৌনি?

কুঞ্জঃ - কোক লাক্লগা, ময়ুমদা য়াক্তনা লৈবা হায়বা অতুনিদন।

বিধুঃ—লোৌররোই।

কুঞ্জঃ- তুম্মনবু করি লৌজরুনি।

বিধুঃ—অতুদি ঐখোয়দা লাকপিরিবসিদি মতম লেন্নবা ওইব বোরে?

কুঞ্জঃ—পুন্নমকপু হায়বা ব্লানি—মাগীতবু হায়বা ব্লানি।

বিধুঃ পুন্নমক্কা চংনবা নত্তে—ব্লা মযেক শেংনদবা য়াবা নত্তে। (কোম্থোংলোমদা য়েংদুনা) ইনমা! চংবিরকউ—কদোম দগীনো ইথেঙ থেঙনা। (ফিদা থাবা)

তোনশিজঃ— বেম্মা ইনম্মা থবক অমা চংলুবদগী লম্বী থোকই হায়দনা চঙলকপনি। হায়মা! ইবুঙোতোম ওইরে কয়া কুইরে লেংথোরকপা।

কুঞ্জঃ—ইন্দোল ঙসি তরানিমুক শুরে।

তোন—করি তৌরবগে অসুপ কুইরববো নোংমতসু কোয়থো-
রক্তববো—

কুঞ্জ:—ঐ করিমতা চখোকচদ্রে।

তোন:—অসিদদি করিগী লৈরম্মিবা—লাকনিংদে হেক মহায়
বিন্নদা।

কুঞ্জ:—ইতৈমা হায়গদ্রা, ইচে হায়গদ্রা অসিনা মোজা বিধুঃ
মমিং মিংচিনা পৈথোক্তুনা য়েংবা) অমা লোনবিববু লোয়বা
লৈখিদ্রে, মোজা থৌবা লাকচরম্মিবনি।

বিধুঃ—ইবেম্মা অদুবু করম করম লৈরিবগে! হরাউ হরাউ
লৈদনা।

তোনঃ—ইবেম্মা হুজিমক্তি কনা হরাউ তৌবগুম্না লৈরি। খঙদেদা
কয়াবু চুনদনা উইদা ইনম্মদি।

বিধুঃ—মরাইনা লৈজগনি অদুঙাক্তনি।

তোনঃ—ইবুঙোতোনবু নচল অদুনা য়াম্না শোল্লম্মীদা নোংমতসু
মরেংথোকলুগবা ঐখোয়বু ইথা হেক থাদোকপীদকো।

কুঞ্জ:—ইন্দোন, ময়ুম মকৈ পানথ্রবা অদুদা ঐখোয়না কোক
কোক মমাংঙৈ মতৌগুম্না উনা খোৎনবা ফজদ্রদুনা তৌবনি।

তোন:—হোয়নে অদুবুদি। নচম্না "তাইবুঙো হেক থোরকপগা
থরা তাকপীরকউ" হায়রিবনে। খঙদ্রে মাগী মরাইবক্না
তম্বা হায়বহুনি। মাগী মঙং অসিদা নোংমা শোৎ হেব
লাক্কব্রা হায়দনা ইন্দোনদি পা হলবনে। মীনদি খঙবি-
রোই মাগী মঙং অসি ঐতবুদি লৈবাকনা থীনা ঙাঙনগনিদো।

কুঞ্জঃ—ইন্দোন মপুক মরাইনা ইংজরকনি। করিবু তৌগবনো।
তোনঃ—ইবুঙে তৌবিহৌখো ইন্দোন খরা হাল্লম্নগে—
বিধুঃ—ক'রনো ইনম্মনা লাকপবো? ব্বারী তাবদা মুল্লুরে
তোনঃ হুম ইনমা চৎলগে - পেংগ্রগা ইথন্তা চৎপা কি নোংমা অমুক লাকখিগে—ইচল ইনিং ব্বারি শাগদরা খরা লৈরি ঙসিদি চৎলগে।
বিধুঃ অদুমঙায়রেনে ইনম্মা (খরা খরা থোক'মম্ম খবা রিধুমুখি তম্না হৌল্লকপা করি হায়বা মোজা লোনবা হায়বা—কনাগী মোজা?
কুঞ্জঃ হেরা পঙতা মতাশিল্লু হায়নিংঙাইদি লৈতে, করি হায়গ দগে। 'বিধুমুখি কোয়রকইবনি" হায়গদ্রাউ!
বিধুঃ—থীদা ব্বাতা ..
কুঞ্জঃ—য়াদদুনা তৌরমাল্লে হায়রবদি তুমিন হেক মরৈশল্লু।
বিধুঃ—খঙলেদনা বিনোদিনীনা লেরিবা মরৈ অসে—
কুঞ্জঃ—দাই লৈতে মৌবু লোগে হায়রবদি...(বিধুদা মমিৎ খৎতুনা) করি হায়বগে?
বিধুঃ—ব্বাখল য়াম্ন তে বিহৌ হয়েং ভুংদা চাং তাগনি ঐদি অদুক য়াবা নত্তেকো হন্দক্তি শিমিম্নগনি খঙবিরবরা!
কুঞ্জঃ—তানীংদে-তানীংদে ঐ থবক অমত্তা চৎলুখিগে।
বিধুঃ—ক'রনো চৎলুখিগে হায়বা অসিবো অমুক লাকখিগদ্রা?
কুঞ্জঃ—হল্লকপা য়াই হল্লকপা য়াই লাইনীংউ।
বিধুঃ—হী-হৈ য়াম্না ইমুং মঙ্গুং শাবিরেদা—ঙাইখো থবকপু মঙ্গল

ওইগত্রাউ ?
কুঞ্জঃ—ওইবা য়াগ, ওইবা য়াই ।
বিধুঃ—অদু দি ঐ……
কুঞ্জঃ-হোয়নে হোয়নে -( থোকখিবা )

# ২ শুবা উৎপা

## লম্বা অয়ুক

শেখরঃ— ইবুঙো, ঐদি করিমতা থাজদবনি 'অদুবু ঐখোয়গী তোম্বা অসি পরীক্ষা পাস ওইরে হায়বগুম তারি।

কালাঃ—তাইবুঙো, ওইগনি, মশাগী মগুণ লৈতবা মী নত্তে মহাক অসি মাগী হায়বমক্তবু চোংলম থরা চাদবা অসিতগীনি।

শেঃ—মাক অসনা লোইরবদি, ইবুঙো, মাগী ঐনা তৌগদবা লম্মন অসি থোক্তনা য়ামশিল্লকত্রে, ইয়াম্বা ইশাগীদমক্তি থোইনা চিংনবা লৈজত্রে —ঐনা তৌগদবা অহল লম্মন সেবা অমতংগা লৈরি—মসিদগী লোইরবদি ঐ স্বর্গ ফংবমুক মুং-ঙাইজগনি। নচনগী থবক লোইখ্রে। মাগী মুপী অম-তংগা থিবিরগা ঐহাক বৃন্দাবন্দা ইমাশিং অদুগা পাবুংগী সেবা ওইনা উৎসব অমতং কৎলগা ঐনা নীংবা থুংবা হায়বা অদু ওইরগনি।

কালাঃ—করিনো তাইবুঙোনা তাকপিরিবা অসিবো। তাইবু-ঙোগীদি য়ুম—কৈ পানবগী আশা অসি মরৈবিদ্রবরা—

তাইবুঙোনা লুহোংদ্রিবৈঙদা কুঞ্জগী লুহোংবা হায়বা অসি ঙাওরবস্থ ঙাওনা ভাইনা য়ারক্কনি হায়বা কয়া থাজদে।

শেঃ—ঐহাক অসি অঙাং ওইরবস্থ রাখল খরা খনজরে। সংসার অসি মায়া ঙাক্তনি। মায়া অসিদা চংখ্রবদি লাম্হোকপা য়াম্না রাগদৌরি। ঐনা তস্থম হন্দুনা য়েংবদা য়ুম্বানবা হায়বা অদু হেক ওইবদা হুজিক ঐনা ওইরিবা শেখর অসি তোক্তনা অতোপ্পা শেখর অমা হেক ওইদৌবনি মাসি ঐনা থোইনা হায়রুত্থনা কান্নবা নত্তে ইবুংগো

কাঃ—তাইবুঙো. মসিদি ঈশ্বরগী খুজিন্নি। ঐগুম্বা অঙাংনদি খঙবা ঙম্বা নত্রে।

শেঃ—ঐনা হায়বদি অস্থুম হায়জবনি—সংসারগী অকায়ব হায়বা অসি স্থপীদগী থোকপা ঙাক্তনি - মসিমদ ভাব তারেদনা ?

কাঃ—মাহু ঙাক্তস্থ খল্লুকা য়াবা নত্তে—অদুবু ঐখোয়না হায়জনিঙাই ইত্তিক লৈবা নত্তে।

শেঃ - ইবুঙোগুম্বা ওইরগাদি করিস্থ ওইদনা খনগদবনি। ঐনা লৈরিবা ফিভম অসি কয়া লুনা লৈবনো হায়বা ইবুঙোখোয়দি মুম্না খঙবিবা য়াই।

কাঃ—চুম্মি তাইবুঙো—

শেঃ—য়াম্না লাপলক্লে ইবুঙো লেংশিলহৌরো, (হম্না য়েংলগা) আদা লাকইবা অসি ঐখোয়গী তোম্বা মাল্লি। ইবুঙো শিরুবরা করিম্নো—ঐ চংথ্রগে অস্থুম অমংঅমদা মহুংবিয়ু

তাঞ্জা চাবা লৈরবদি ময়েংশিনবীয় ( শেঃ চৎখিবা—বালা হল্লকপা )

কালাঃ—লাকও লাকও ভাই স্নংঙাইরে নংগী পাউ তাবদা নংবু ঙাইরিবনি ( কুঞ্জ লাকপা )

কুঞ্জঃ—মখায়দা রাবি শানিংদে—খরা চৎসি—

কালাঃ—করি তৌরবগে ন'বো ?

কুঞ্জঃ—মখোয়গী লম অসিদা লেপ্তুনা রারী রাতাই তৌনিংদে।

কালাঃ—পুক য়াম্না শেংবা শাবিরেদা !

কুঞ্জঃ—শাবা নত্তে, শেংলবনি—মাতু ময়ুমদা লাকপগুম উরম্মী, মাবু য়াম্না খোইরাংবোট নীংগনি।

কালা—খোয়রাংববু খোয়রাঙ্গনে ?

কুঞ্জঃ—করিগী ?

কালাঃ—হোয়, খোয়রাংদবস্থ য়ারে হোয়।

কুঞ্জঃ—করিগী ?

কালা—লাং অমদা থুরেদনা—

কুঞ্জঃ—চরদা—নখোয়না ঐবু মাংহনগদৌরে—নঙমক্রা ঐবু রা রা লাউত্না …………

কালা—স্নংশিবগী মহাযবনি—লম্বেনদা চৎপা মী পুন্নমক্তা অসিবু ঐনা হায়রুবা য়াত্রা। উতুপ চারোয়দ্রা হায়বনে ? নঙদি ভাব য়াম্না তাক্লেনা, তাইবুঙোগা নঙগা নহৈগী হায়রবদি অঙ্গা ওইরে হায়বনি - অত্তুদা তৌথোরকপদি সমুদ্রগা লাং-থোংগা ওইনা থোকপা অতু মীনা উরগা গ্রেজুয়েট হায়বা

পদবী অসি মগুণ লৈতবা তারে হায়বনি।

কুঞ্জঃ—নখোয় উনগদবা অসি থঙ্গৈশেংনা তল্লে—

কালাঃ—করিগী ?

কুঞ্জঃ—লেকচর তৌরক্নি হায়বসিগী।

কালাঃ—তৌদবদিনা, নওদি খওদি খওদনা—

কুঞ্জঃ—( শাউরপনা ) কবি খওদনি—নহাক্কু ঐঙোন্দগী জ্ঞান হেনবা য়াব্রা—ক্ষর ফল্লবস্থ ঐদি গ্রেজুয়েটনি, নহাক্তি মেত্রিকতনি—করিগী মরূপনি হায়দুনস্থ পংতাক তাকপা য়াগদগে। মেত্রিক অমদগী গ্রেজুয়েট অমনা অপ্প হেল্লি হায়বা খওম্রমাল্লে। ( চুরুট চম্বা )

কালাঃ—চুম্মি কুঞ্জকিশোর বাবু—ঐ লাল্লে—ঐদিনে নহাক অসিবু মমাঙৈগী স্কুল তম্মিন্নরিঙৈগী স্বভাব তৌদুনা নহাক অসি বিঃ এ, অমনি হায়বা কাউথোকউরে য়াম্না হেল্লি গ্রেজুয়েট অমনা মেত্রিক অমদগী হেনবা ওন্থোক্না য়াম্না হেল্লি করি হায়রুগদগে হেনবগী বাবু কুঞ্জবাবু—গ্রেজুয়েটনা তম্বীরগা মেত্রিক থারকইবনি। অতুগনে ঐ ব্রা অমতদি হায়গে

শৈল্যে শৈল্যে ন মাণিক্যং
মৌক্তিকং ন গজে গজে
সাধব ন সর্ব্বত্র
চন্দন বৃক্ষ ন বনে বনে।

খওঙবরা···চীংদা মনি থোকই হায়দনা চীং খুদিংদা কংবা নত্তে—শামুদা মুক্তা কংই হায়দনা শামু খুদিংদা মুক্তা কংবা

নত্তে, মরমচৎ ফজবা সাধু ওইবা মী মফম পুন্নমক্তা লৈবা নত্তে—বন্দা জা-চন্দন হায়বা উ হৌই হায়ত্নুনা বন খুদিঙদা ফংবা নত্তে—অত্নুনা গ্রেজুয়েটনি হায়ত্নুনস্থ গ্রেজুয়েট পুন্নমক মান্নবা নত্তেকো। বি-এ, হায়বা অদুদি অমরোমদা হায়রগা মার্কা অমা থাজরুবদনি মহাক মহাক অদুনা মতম চপ মান্ননা চর্চ্চা তৌরুবা অমদগীদি থোইনা চৎনবী জ্ঞানদা পংহেন হেন-যম পোক্তে। ইস ইবাই হা!! বুঞ্জ বাবু! নঙনা ঙসি হায়বা অসে! মাত্নুম ককা হায়গনি হায়বা থাজদবনিদা (মরাইবক্তা খুদুমনা শুত্নুনা মতোমতা) হে লাইবক লায়রবদগী থোকখি-বনিসে (কুঞ্জদা ওনশিন্দুনা) কুঞ্জ বাবু! লেঙো ঐস্থু চঙলগে (চৎকে তৌবা)

কুঞ্জঃ—ঙাইখো ভাই (মথুৎ পায়ত্নুনা থাম্বা, বিনোদিনী মৌপ্‌া ই বোতোম্বী চেল্লকপা)

ইবোঃ- তামো (কুঞ্জ খংয়েং য়েংথোকপা)

কুঃ—করিনো?

ইবোঃ—ইচে ঐখোয়দা লৈহৌই ঙাইহাক্তা লাকউ হায়।

কুঞ্জঃ—'ঐ থেঙপ্রে ঙম্মরোই" হায়য়ু।

ইবোঃ—হোয় (ইবোঃ চেনখিবা)

কুঞ্জঃ—(কালাদা ওনশিন্দুনা) ভাই শাউরমাল্লে

কালাঃ—ঐ করিমতা শাউদে নংনা হায়বত্নু অচুম্বনিনে—

কুঞ্জঃ—হুম ঐ য়াম্না হুংঙাইত্রে মাসি কোরুবা ব্রা খরা ঙাঙদবা য়াদে—

কালাঃ—করি ব্রানো কুঞ্জ বাবু, অওইবা ব্রা হায়ববু করি শাউফম থোকপগে ?

কুঞ্জঃ—ব্রা অসি শাংনা ভাংনরবদি ঐ নহাক্কী নমাঙদা মায় পুবা ঙম্মোইদৌরি (ইবোতোম্বী অমুক চেল্লকপা) করিনো, করি অমুক তৌরে (কাঃ কোইরপ ২ য়েংবা)।

ইবোঃ -কৈদৌঙৈককা লাকপা ঙমগদগে হায়রকই।

কুঞ্জঃ—ঐদি সুপঙম ঙম্মরোই নচেগা ঐগা সুপউন উননীংদে হায়য়ু।

ইবোঃ—হোয় 'চেনখিবা ।

কুঞ্জঃ ভাই ঐ ইকাইরে।

কালাঃ—কুঞ্জ বাবু ইকাইফম থোক্তে—ঐনা ইকাইগদবনি ঐনা থকশি খাশি নাইদবনা মসি থোকইবনি।

কুঞ্জঃ—ভাই নহাক্কী ব্রাঙাং অসি তৌরন্নু নহাক্কী পাউথুম খুদিংদা ঐগী থম্মোইদা তাশোন্না থিনবত্ন মঙায়রে। মচেকনা ৈয়েরগা ময়ানা তারে। য়াম্না ইকাইরে।

কাঃ—মাতু খল্লুরন্নু···

কুঞ্জঃ -ঐ অসি ভাই নখোয়না খঙলিবা অতুমগায় স্কুলদা নখোয়গী নথাদা নখোয়না নম্বর ৬০,৭০ ফংলগা ঐনা ৩০,৪০ ফংতুনা লৈরক্পনি নহাকপু ওঝাশিংনা য়াববু অত্নরাই মঙায় নরায়বক্লা থোকপনি জ্ঞানদা নহাক্লা ঐগোম্দগী ব্রাৎপা হৌনবরা! ঐগী লাগাম য়াওদবা ব্রাঙাং অতু ব্রারৌগন্নু ঐসু

তাইবুঙো অসি লৈরমত্রবদি লম্বীগী চাকনিবা অমদি ডাকু-গুম লৈগদবনি—শাউম্নকো বারোম্নকো ভাই মমাইগী প্রেম তৎনগম্লসি ঐনা লানবা থক্তনি (চেজেৎ কোম্নবা)

কালা: চ্যেকশিল্লকলবা মতমদা কাপ্পা লৈ হায়বা কাউহুকো নংগী মহুক্তা ঐ শিবিগে মরক্তা ঐনা নংগী নবুক খোয়-রাংহনবদি তৌররোই। (অনিমক চৎখিবা)

# ৩বা উৎপা

## কুঞ্জগী য়ুম মাঙ্গোল।

(অথোঙবা অহিং)

কুঞ্জ:—(মোজাফুরিং অমা লিত্তুনা খবর অমা হুমাই হুমদুনা মাঙ্গোলদা থোরক্তুনা হংগৎ হন্দা হন্না চাবা) ইস! থাবল-সিদে ওন্থোক্না ফখ্রেদা—হকচাং অসি উনমুক ইংই সুংঙাইদা থাবলসিদে হায়গুম্মদনা লাইরিক ময়েক উরি উরি তৌইমা (খবর ফাকতুনা য়েংগা)·····কনানোনে হুজিকপু ইশৈ শকলিবা অসিবো (মনা থাঙ্গত্তুনা) পাম্বোম চোংইদা করিনো (মথুৎ অমুক তিংথোক অমুক কোনশিন তৌবা হুম তুম্বনা কাম্নবা ভাই (ইমুং চংখিবা)

বিনো:—(মকোক্তা কমফোটি অমা য়েৎলগা ইনফী অমা য়াম্না চোম্না ইন্দুনা লীচৈ অকোনবা অমা পায়দুনা চঙলকপা

কুঞ্জগী খোঙদা কোক কোক থীনবা, মিহুংখোংদা অমুব কোক কোক থীনবা) তারিবরা ! তারিবরাউ !!

কুঞ্জঃ—(ফিংনা) কনানে ?

বিনোঃ—ঐনি (নমলকপা)।

কুঞ্জঃ—(থাঁউমৈ অমা পায়তুনা থোরকপা থাউমৈ থাঙ্গাত্তুনা য়েংবা খজিক্তং চিংনবগুম তৌঃনা তুংলোমদা খোংকাপ অমা অনি হন্দোকপা বিনোদিনী কমফোটর লৌথোকপা ইনফী কৌনা ইনবা, কুঞ্জ ইফিং ফিংনা. বিনোদিনী !

বিনোঃ—(থুমদবা মকোক লুকথদুনা লৈবা)

কুঞ্জঃ—করিনো নঙনা তৌরকইবসিদে কনাগা লোয়নরকই করি-গীনো অসুপ থেঙবদা—

বিনোঃ—কনাসু লোয়নরক্তে

কুঞ্জঃ—কিবু কিদ্রা নঙনা তৌরকইবসিবো

বিনোঃ—কনাবু কিরুগদগে ?

কুঞ্জঃ—পুঙ ১১২ তাগ্রে ( থোঙ হাইদোক্তুনা থাউমৈ থান্দুনা ফক্লাংরোমদা য়েংবা, ঙাইখো লাই-তীল অসুপ কিনরবা মতম অসিদা নথন্তা শোং শোং লাকইবসিবো নঙবু তম্নবা লাইককাসি কিদ্রবোরেকো শোয়দবগী ফবা নত্রদো—মসিদা অশোয় অঙাম থোক্লবদি নঙবু মীনা করি ঙাঙনগনি ?

বিনোঃ—কিগে হায়রগা কিবনি, কিরোই হায়রগা হেক মকি-দবা অহুমঙায়। অকিবা কিদবা হায়বা অসিদি পুক্লিংগী মতুং ইনবনিনা।

কুঞ্জঃ মরমবু করিনো হান্না হায়খো। ইন্দোনখোয় অনা অয়েক য়াওবরা ঙসিদি পাম্বোমনা পাম্বোম চোংবনে হায়রোনে। অহিং অসিদা অস্থুপ লাপ্নদগী লাকইবাসিবো।

বিনোঃ -ঐনা নহাল ইবোতোম্বী থাগিবদা করি থুম্বীখিবগে?

কুঞ্জঃ - অত্তুবু কোম্না ঙাঙবা য়াদ্রবরা অহিং অসিদা নত্রবদি।

বিনোঃ — কোল্লগা থোইনা কান্নগদবা উদবা…

কুঞ্জঃ — মনিগীদমক্তগীনি ঐনা পরীক্ষ লোইরবা মতুং আ — কোনবা ফাওবা কোয়ত্নুনা লৈথোকপা…

বিনোঃ — এঃ অত্নুদি ঐবুদি য়াম্না নীংবিদনা।

কুঞ্জঃ নীংবা নীংদবা মতম নত্রে বিনো—

বিনো. — অত্নু অদা শঙদে - ঐদি লাক্রবনি নীংবিরে ফৈ নিংবিত্রে অতুমশায় ঙগীদি ঙসি হায়বসিনা অরোইবা থুমিংনি।

কুঞ্জঃ — হুম বিনোদিনী নংগী ব্রা অসি মফম অসিদা ঙাঙনবা য়াবা থোক্তে, আ মপান্দা ঙাঙনসি চংসি চৎলো থোঙ ঙাশিনবা সে নে-সে।

বিনোঃ — ব্রা শাংগদবা নত্তে — 'হোয়' 'মাই" লোইরে

কুঞ্জঃ অত্নু ফনা ওইনেস্তু মীনা নহাকপু য়াম্ন তৌবা ঙম্বী মানগনি। নেনা তানা খরা লাপ্না ঙাঙনসি - নহাকী ফজবা ব্রাৎলি হাযবনে (ইমুংদগী ফি অমা ইল্লগা টোর্চ্চ পায়ত্নুনা থোরকপা) চৎসি চৎলো। অসিব্রাইদা থোক্লগা ঙাংনসি (থোকমিন্নখিবা)

কুঞ্জ:—কয়ি কয়ম হায়বা গৌরমনিগা খায়নরকলে হায়বা নত্রা কয়ি রাহৌগীনো ?

বিনোঃ মানা খাইনবা নত্তে—ঐনা খাইনবনি—মখোয় পুম্নমক তুমলিঙৈদা ঐনা লোন্না চেল্লকপনি।

কুঞ্জঃ—অং নং অসি তৌবা ঙমলে। ঐ য়াম্না কিরে—

বিনোঃ—করিগী ?

কুঞ্জঃ—করিগী হায়বা করিস্নু লৈতে—নীপানা নুপী খিবা হৌনৈ নুপীনা নীপা থিরকপা অসিদি জগত্তা হৌনদবা অমনি অদুগী মথক্তা নংদি চহি ২১।২২দগী অঙাং নুপীমচানি মসিবু কনানা হৌনবগে ?

বিনোঃ—ইঙন পানগে নীংজবা পুন্সিদা শৌ থাকচনবিরগা কনাগী মপুক ইঙগদগে? ওন্থোক্লা অঙকপা থবক অমতং তৌরম্মগ' মৈতৈ লৈবাক অসিদা ব্রারীনহৌরসন্নু হায়দনা তৌবনি হৌনদে হায়বা ঐ য়াম্না মুম্না খঙ্ডি। নুপীনা অস্নুম তৌরগা নীপানা মখোই কাগনি হায়বা ঐ য়াম্না মুম্না খঙ্ডি। মাসি তৌই হায়দনা থোইনা থোওইদবা মতৌম্ন তৌবিগন্নু। ঐনা হুজিক পাম্মীবা হায়ববু ঐবু কাওদ্রিবরা অসিদনি।

কুঞ্জঃ—কাউদে বিনোদিনী।

বিনোঃ—অদুদি করিদৌনবা ?

কুঞ্জঃ—মাসি য়াম্না লুখ্রে চানিঙ্ঙি হায়দনা খুৎ অনি থাদনা চাবা য়াবা নত্তে—ফর ফত্রবস্নু নহাক্তি শাগৈ অমদা তিনখ্রবনি নপা নপু পুরোন তরেৎ কৌখতুনা শাক্ষী ওইহন্দুনা দান

তৌগ্নবনি মসি খল্লগা নপুক্লিং অমুক্তং ফাজিল্ল বিনো!
বিনোঃ—লুহোংলমদাইদা ইনখিবা চিঠিগী মরোল্ল অমুক্তা খন্থত্নুনা নীংশিংবিয়ু
কুঞ্জঃ—ঐ শং শং উবি।
বিনোঃ—অদুদি করি তৌরে?
কুঞ্জঃ—মাদু নপুক ফাবদনি। কান্নরোই বিনো ঐনা হায়বা ইল্লু ঐনা হায়বা ইল্লগদি ঐবু নংনা নুংশিবা হায়বা অদু ওইগনি। চৎশি চৎলো ইবেম্মা! ঐ থিনবিগে—হৎলগা মাংলু, শোয়কবনি হায়না খুম্মু ঐ নহাকপু সুপকাউ কাউদে নঙনা ঐবু কাউদবা ঐনা নঙবু কাউদবা মাসিনা নঙ ঐগী পুন্সিগী ৱাশক মতোল লোম্বা ওইনরসি।
বিনোঃ মাদু ঐঙোন্দা অমুক তাহনবিরম্ল-ঐগী আশা অসি থুংহনগে নিং বদ্রগা করি লৈবগে ঙসিগী খুমিত্তা নহাকীদমক ঐসু অদুম লোইবগনি।
কুঞ্জঃ—হুম চুমদ্রে বিনোদিনী হুজিক গৌরমনিনা থুৎ লিংতুনা লাক্লগা নং ঐবু শিবমখৈ ফুবদা করি তৌনিঙাই লৈরোই-দবনি—শে থিল্লগে বিনো। নত্রগা ঐদি চৎলগে মিৎ পাম্বোম্না চোংবনে ঐদি য়াম্না চিংনরে।
বিনোঃ—হনবিরো করিসু হায়জররোই—ঐদি হল্লরোই।
কুঞ্জঃ—হন্দ্রবদি করি তৌগদৌরিবা?
বিনোঃ—করি খুম্মু হায়রিবনো—ৱা য়াম্না ঙাঙনদ্রুনা ফজবা নত্তে। ঙাঙনখিবা ৱা লেপইবরা লেপতবরা য়েংবদনি—ঙাঙনখিবা

ৱারমদা ঐনা খরা কায়খিবা মরমদগী মফম অসি তাম্না লাকচবনি ঐনবু নিপা থেম্বা হৌনবব ? ঐদি অমরোমদা সুপলান লান্দবনি খোংথাং খোংথাং খুদিং নযাথং লৌবনি পংথোয় থোয়বস্থ তৌবিগনু হায়নখিববু লেপত্রবদি মীওইনা পোকপগী করি কান্নফম লৈবগে মীনদি হায়রগা মশাদা মানুষ্যত্ববু লৈত্রবদি করি তৌরুগনি।

কুঞ্জঃ—মাদু হায়রবদি নওদি মমাংদা ফিভমদা লৈরিব্রা ? মতমনা হোংবগী রাস্থ হোংবনি

বিনোঃ—ঐদি থোইনা পামজরুবগী ভাকস্থ নত্তে রা নাখৈ শেংগে হায়রনা লাকপনি খনবগী মখৈ খল্লগা মাতুদা লোইববদি ঐ করিস্থ হায়দে (ফেং হাইদোকপা) ঐনা কারন অমতং তৌরুবা অদুগীদমক মীগী মফমদা লোনজবনি। হুজিক ঐগী দোষ লৈত্রে হে লাইবক।

(হৌগং তুনা চংকে তৌবা)

কুঞ্জঃ—(বিনো ফাতুনা) বিনো! শাউগনু। নহাক অসি হুজিক তুমন হায়বা অতুমস্থ থোক্লে—মাদুস্থ মওইরসন্থ লুরিববু নীপা অমগী সেবা তৌতুনা লৈরিবা নহাকপু ঐনা করম্না নংবু লাকও ঐগা লৈসি হায়গদগে। মাসি ধর্ম্মস্থ কায়বা থোকই তৌরিবা মওং অসিদা ভাইবুঙো অসিগী মমাঙদা নওবু করম্না অহল লশ্মলগী সেবা তৌনবনি হায়দুনা হুংশি-নগদগে করিগুম্বা অহলসিং অসিনা নথুং চাবিদ্রগা চাবি-গনু হায়বস্থ থাজদে নওনা হুঙাইগদবা অসি কদাইদনো ? নংস্থ খন্দুনা য়েংউ।

বিনোঃ— চুম্মি, পুমচুম চুম্মি। ঐনা লানবা থাক্তমি। অতুম্নদি ওইরবদা ঐনা গৌরমনিদা লৈরুবসিদি খঙবিরিবা অতুমগী-তৌবিমলগী দনক্তনি। ইমাদা অমস্তং ঐখোয়গী ইমুংদা তৌখিবা অতুগী লেঙবা য়াদত্তুনা পুক্রিংগী ঈচেলগী মায়েক্কনা চেল্লুবনি। অসোমদা ইপা নাতুনা লৈরে, চানিংঙাই লৈত্রব। ইমা লুখ্রাবানা মাঙোন্দগী শোত্তুনা চাবা--ইপা শিরবগী মতুংদা শোরাং শোনবিনবা লৈত্রবদা মানা লুপা কয়া চংনা শোরাং শোন ববা, তৌবিমলগী দনক ইশা বন্দক ওইবনি। চুম্মি ঐদি তুম্মনি --ইমা! (মথবাক্তগী ছুরি পুথোরকপা)

কুঞ্জঃ—হায় করিনো বিনো। (থাঙ মুন্দুনা লংথোকপা বিনো হুংশাখর খিংত্তুনা ফমথবা) বিনো! বিনো!!

বিনোঃ—খ-ঙ লে।

কুঞ্জঃ—নংবু ইনাক কৈরাক থুনবা চাবা থকপা রাঙবা শেংনিংবা চানিংবা ননীং থুংগদবা মফমদা লৈনু হায়দনা তৌবনি। ঐদি আই লেত্রিবা মীনি, মীগী মপান তাংত্তুনা লরিবা হায়বত্তুনি অতুগীমথক্তা তাইবুঙোনা য়ুম পান্দ্রিঙৈনা ঐনা করম পানগনি মসিস্তু মরু ওইবা রা ভমনি। মগী মমাংদা ঐ অসিনা তম্মুবা বিদ্যাগী মগুণ ঙাঙবা মী ওইন থোক্তদোরি। মসি পুম্নমক ওইরসন্তু। হুজিক অরোইবা রা হায়রগে-নহাক গৌরমনিগা খাইনা—খো-নবগী মঙং চুন্না তৌরুখে, নত্রবদি ফজদবগী মথক্তা ফজদবা অখোন্না তারে।

বিনোঃ—মানা ঐবু খাইনৌ হায়বা য়ারোই।

কুঞ্জঃ—করিগী ?

বিনোঃ—য়ারোইদবা…।

কুঞ্জঃ—অদুদি পামদ্রে খিনবিয়ু হাযদুনা !

বিনোঃ—মদুসু য়ারোই।

কুঞ্জঃ—মাদু ফাওবা য়াদ্রবদি ঐনদি করম তৌগনি-ঐসু কয়া য়ানিংদে।

বিনোঃ—য়াদবনা ফরে-ঐদি করিমতা হায়দ্রেনা (ফুক হৌগত্তুনা থাঙ তান্না হোৎচিনবা, কুঞ্জনা ফাবা)

কুঞ্জঃ—বিনোদিনী হুজিক্তি হায়বা হৌনবমখৈ হায়রে। ঐ লোইনবা খংলে। ঐহাক সুপচেল চেল্লরোগ। অদুগা ঐ ব্রা অমদি হায়গে ঐখোয় অনিগী পুন্সি অসি পঙশাং শাংগনি হায়বদি থাজরুগনু। নহাক খন্বা থোইবীগী ব্রারি তারেদনা। কয়া কুইনা পান্নখিবগে ? চিংনরগনু। হুজিক্তি ইশানা ভাব তারবনি ব্রা অসি থবক থোক্লবা অহল লম্মল তাক্লবা তৌবা থোকই চৎসি কালা ৫ য়দা চৎপা তাই। (বিনোবু কোন্দুনা পুথিবা, ২ মক চৎথিবা)

# শেৰা উৎপা

## কালাগী য়ুম (অথেঙবা অহিং)

## (কুঞ্জ ১মুং বিনোদিনী চংলকপা)

কুঞ্জঃ—ভাই…ভাই ‥ভাই

কালাঃ– কনানো ?

কুঞ্জঃ—ঐনি

কালাঃ ঐ হায়ৰদে ?

কুঞ্জঃ—ঐ কুঞ্জনে।

কালাঃ - কুঞ্জবাবু !

কুঞ্জঃ –হাউনে ঙাহাক্তা হৌগৎলকউ। ৱা অথুবা অমা লৈরে।

কালাঃ—করিগীনোনে অঙ্গক থেঙবদা (থাউমৈ থাঙ্গৎত্তুনা য়েংবা হন্থদুনা মখুং য়েংকী খুজেংদা ওইনা পায়দুনা মমায় খজিক্তং লৈথোক্তুনা ৱাথল মতেক অমতং তৌবা–ওনশিন্দুনা) ইবেম্মা, ইমুংদা চংলকউ—হায় তারিব্রা নখোয় অমুক্তা হৌগৎলু—তারিব্রাউ ! ইবেম্মা, চঙু (বিঃ ইমুংদা চংখিবা)।

কুঞ্জঃ—উরেদনা (বিনোদিনীদা মখুং শিন্দুনা)

কালাঃ—উরে।

কুঞ্জঃ—হুজিক করি করম হৌনবগে ?

কালাঃ—ঐদি করি খংগনি–গ্রেজুয়েট নখোয়ন৷ খঙদনা মেত্রিক ঐনা কদায়দগী শংক্ষম থোক্কনি।

কুঞ্জঃ ভাই, নহাক য়াম্না মলোম লৈনা ব্রা ঙাংঙ্খ্রেদা; নহাক্তি কাউবা হায়বা লৈত্রবোরে?

কালাঃ—নঙনা তৌরকইবা অসিবু চুম্মি হাযনা তৌরকইবরা করিগী বিচারনো? মসিবু নহাককুম্বা জ্ঞান লৈবা মী অমনা তৌবা হৌনবরা?

কুঞ্জঃ যাদ্রতুনা হেনফহতুনা তৌরিবনি মসি হৌনদে হায়বা খঙন খঙনা তৌরক্লিবনি-ঐহাক য়াম্না ইকাইনা চঙলক্লবনি।

কালাঃ—মতাঙ অস্বাইদা ঐহাক করিমতা চেল্লোই-নংগীদমক ঐ লেপকদৌরিবনি। থৌওংদি করনো…?

কুঞ্জঃ ভাই, নঙনা খঙলিবা অড়নঙাই করি অমুক নৌনা তাককম থোকত্রে। মমাংদা মশা ইশা লৌন লৈনশি হায়না ব্রাহৈ কারন চন্নখি। করিগুম্বা মরম অমনা পুন্দুনা মহাক অসি নীপা অমগী মতম শরা সেবা তৌরুদে হুজিক মশানা অহিং অসিদা চেল্লকলে। মাবু ঐনা লৌদবা স্লুপয়া য়াদ্রে। ঐখোয়গীদি শিরবস্লু অন্ত মঙায়রে। ইকাইবদি য়াম্না ইকাই অন্তবু-থবক থোক্লব নহান্না শীন্দবা য়াদ্রে। অসি নক্লগদি অসিদগী হেন্না মিংদা থীবা থোকপস্লু য়াই।

কালাঃ—ঐ তুক চংলুখিগে—তায়বুঙোখোয় কৌরুরগা ব্রা অসি অমা ওইরবস্লু অমা ওইরবস্লু তৌবা তাই-হুজিক গৌরমনি-খোয় খুৎ লিংতুনা উতুপ ব্রাতুপ পায়তুনা লাকপস্লু য়াইকো নরিন ফবা শাদুনা চোংথোক লাকথোক উগস্লুকো।

কনাস্থ লৈতে হায়না খুমহল্লু। ঐ তূক চৎলুখিগে-ফি অমতদি ইনবনা চুমগদৌবোইনা (ইমুং চঙগে তৌবা-কোম্ফোং-লোমদগী টোর্চ্চ লাইট কাপ্পকপা হায়ফেৎ উবা) ভাই ইমুংদা চঙ, কুপ্প মনমগল পায়তুনা ইমুংদা ইশিনবা, কালা খৌদেম্বা কনানো—

মীঃ -ঐনি ঐনি ইবুঙো সোয়দরে চৈ অমগা টোর্চ্চ ১ গা পায়তুনা লাকপা)

কালাঃ—তাইবুঙো মুংঙাইরেদা—ঐ লাক্কে তৌজরমম্মীবনি

শেঃ -করিগীনো ?

কালাঃ—তাইবুঙোনা লেংঙকপগী মরমবু করি ওইরবনোনে ?

শেঃ—মরম ওকপা মী সঙ্গ ওইবগী মহৈনিদনা—

কালাঃ -তাইবুঙো মসি-হোয় খঙদ্রেদা ? করম-করম্বা অনৌবা রা তাবিরকপগে ?

শেঃ -নত্তে অদুকাদি লায়রিঃ—ঐখোয় তোম্ববু লাক্কনে ?

কালাঃ- লাকই তাইবুঙো।

শেঃ—লাকফম খোকই।

কাঃ -তাইবুঙোদি করম্না খঙবিরক্কুনা অসিদা লেংলকইবনো ?

শেঃ—ইবুঙো ইয়াম্ব মপান থোকনিংতুনা থোকউবদা মাগী কা অদু খোঙ থরা কাদুনা লৈবা উই, অতুদা কৌতুনা হংবস্থু খুমদে ফনা কুহনা য়েংলবগী মতুংদা মাং শোয়খিবগী মঙংস্থু উদ্রতুনা মাগী মপোৎ মচৈ য়েংলুবদা যড়িনচিংবা লৈরমদে-অতুদি করিনো মঙং অমনি হায়তুনা কোইথি

খিরকইবনি ইবুঙোগীদা নত্তনা মানা কনাদা চংলুগনি। অমুপ কুইবা মনা মনিল নাইদনা লৈরগা হুজিক মান করি মপুক্কিং থুংদনা তৌরিবনো হায়দুনা ইয়াম্বসু পুক্কিং স্থুংশিরে। ঐনা খনবদ ইয়াম্বদি থো না কায়রিরোইগনা হায়না খল্লি; অদুবু হুজিকী অগাং অসিন মপুকচেল য়াংবা অসিনা পুক্কিং গুংশহল্লে

কাঃ মখস্তুসু নত্তে মী অমসু য়াওরকই। অদুবু করিনো তাক পিরিবসিবু তাইবুঙোবু মানা করি খুঙাহতখম লেবগে। হুজিক ঐনা য়ারিবসে মী অম য়াওরকইবা আসগাদত্তান।

শেঃ—কনানো ইবুঙো।

কাঃ—(নাকোংদা লোয়া খুৎ খন্দুনা, বিনোদিনীনে—

শেঃ—ইং ইবেম্ম অদুবু লুহোংখি হায়বা থা ৪/৫ শুরবদাইনে?

কাঃ—শুরে, অদুবু হুজিক মবানি লোইনদুনা লাক্লে য়ারম অসি ঐনা হায়া খজিক্তা খঙবা থোক্লবা ইপা ইপু নোরোক তাগে তাইবুঙো। তাইবুঙোগী মায় থীগদবা থবকপু এনা করম্না নমত্থনা থমগদগে—তৌবদি তাইবুঙোনা ঐবু চিংনঙমসু থরদা নত্রনা য়ায়া থোক্লহ। তৌরকইবা থোও অসি অচম্বা নত্তে।

শেঃ—মাদুগী য়াদি ইয়াম্বনা শিৎ শিৎনা ইবুঙোগী নপুকচেল খঙব-নিদা—হুজিকপু করম করম তৌসিগে

(মচুবা মেৎতুনা য়াখল তৌবা)।

কাঃ—তাইবুঙো ঐনা হুজিক তুক পায়দি ইবেম্মা অসি অহল-লমল

ময়াম্না খেমহুনা নৌহুনা শিল্লুবা য়ারবদি ইকায় কায়দ্রে, নত্রগদি মীগী নীপা লৈবা হুপীনীনা থরা ( মকোক খ্রো খ্রো খোৎপা ) ।

শেঃ চুম্বি—য়াম্না চুম্বি ইবুঙো ইন্দোলখোয়বু অহল লম্মন থরা অমুক্তা খোমহুনা তৌসিবা— ইস ইমাই পেম্মা করিগী মতৌনে তৌরিবসিদে।

কাঃ লেঙশিনবিরকউ ভাইবুঙো- গ্রুং গ্রুং তৌগ্রিঙৈদা থবক অমতং ওইবা য়াব্রা য়েংশি।

শেঃ —ইবুঙো এগীদা থোৱবা অসিদদি ঐস্তু জ্ঞান মাঙলে।

( চ খিবা)

( গৌরমনি ১সুং ইবোতোম্বী চতুপ অমমম পায়দুনা লাকপা )

গোঃ হেক উবদা মকোক খোক থোক হেক থুগায়রগা লোইরে। মীবু পোক্লবদি অমুক শিবা ময়েক্নি। অহাল-অকোন্তনিদনা।

ইবোঃ - ভাইখোদা ব্রাগী ব্রাপা য়েংদনা কোক কোক হেক ফুগাইবা য়াবা নত্তেদা ( মাঙ্গোন্দা চংশিন্দুনা মিহুৎখোংদা মনা ওন শিন্দুনা তাবা ) শোয়দ্রে লৈবদি লরে। এখোয়গী ব্রা য়াওরে।

গৌঃ - অদুদি কৌরগে ?

ইবোঃ—ভাইখো, ঐ কৌগে - তাবিরিব্রা ব্রা অমতা হংজগে তারিব্রাউ ব্রা অমতা হংজগে—

কাঃ ( থাউমৈ পায়দুনা থোরকপা ইথং থনা ) করিনো ইবুঙোখোয় ?

গৌঃ—তাদা য়াম্না চুপা পুমবিয়ুকো নত্রবদি· ····

কাঃ—করিনো ইবুঙোখোয লড়াইগী ৱানা মাঙ থাবসিবো? ৱাগী ৱা চুম্না মংাঙননি।

শেঃ - শেখর পোরকপা' করিনে ইবুঙোখোয় ৱাগী ৱা নিংশিনা ঙাংনৌদা।

গৌঃ -ফন ইকাইবা ৱানি তাইবুঙো, বিনোদিনী হাযবা সুপীনচা অসি ননাই ঐনা·লুহোংহুনা লৌজবনি। মহাক অসি অহিং চেনখ্রে মাসিগী খোঙ্গুল লীজরকপদা তাইবুঙো কুপ্পগা চংখিবগুম তাজহুনা অসোমদা থিজরকপনি ৱাসু খরা তাজরে তৌরম্মীবা পোওংনা অসিদা শোয়দনা লৈরে হায়বসু শঙজবে ৱা পুম্নমক ইশা লাক্লে শেংদোক্লজগে হায়দনা তৌবনি।

শে হন্দকী থবক অসি ইয়াম্বাখোয়না হায়নিশাই লৈতনা লাল্লবনি। ঐ পোকপদগী মী অমগী মংমদা "লাল্লে" হায়বা অসি হায়জদবনি করিনা মীগী মফমদা থোইনা অকায়বা চচ্চদবনা অহুবু ইবুঙোগী নফমদদি হায়দবা য়াদ্রে মসি করিননো হায়ববু সঙ্গগী দোষননি মাসি ইবুঙোনা ফজরগা পুম্নমক ফজবনি ইবুঙোনা তৌগে হায়বদা হুজিক ঙমদবা লৈরোই পাঙন্দা নত্তে আইন অমসুং ধর্ম্মগী মরীদসু হায়জবনি। ঐখোয়সু য়াবা মথৈ কায়দনবা থৌওং শিনজিরবনি থংদ্রে ইবুঙোখোয় ···!

গৌ -তাইবুঙো ননাই ঐশোয়দা ভাব তাদহুনা তৌরকপনি য়াম্না

ইকাইফম থোকপনি। তাইবুঙে লৈরম্বগী ঐগী লেমজো হায়বা মতাং থোকপনি। হুজিক করিমতা তৌজররোই। হুজিকমক বিনোদিনী— তাইবুঙো কুঞ্জ অনিমক কৌথোক-পীরকউ ব্র পুন্নমক লোইজরম্মগে। —

শে– ইবুঙো! "মখোই অনি অসি বুঙোগী মফমদা লাল্লে" হায়বসি মখোইনা হায়দ্রবসু মখোইগী মপী মপা লাপ্লিবা ঐনা হাযরিবসিনিকো—মে য়না হায়গদবগী মহুত্তা ঐনা হায়রিবসিকো— ইবুঙোনা থোকপা মতিক চায় হায়বত্থু তৌবিয়ু– ইয়াম্বা কারমতা হায়জবা লৈতে। হায় কুঞ্জ— কুঞ্জ! লাউ ইন্দোল হুপী মচা অত্থসু থোরকউ হায়যু। থোরকত্রিবরা! সনা কৈথেন্দা মনা লেল্লগা ইমুংদা ফিরুক খুম্বা শারিবরা—নহাক্কীদমক ঐনা মীগোন্দা "লাল্লে" হায়-বশিনি খঙঙু, মুন্না খঙঙু লাউনে!

(কুঞ্জ, বিনোদিনী পোল্লি পোল্লি থোরকপা)

গৌ বিনোদিনী, ঐদি ওন্থোক্না শাউদ্রুনা লাকপনি– অসি য়োরগা তাইবুঙো অহল উনবদা ইকাইবা অমা পোক্লে নংগী নপুক-চেল অচেৎপগী খুদম উবদা ঐহাক পেল্লে। লৌরি য়ুম্ফম-ক, হুপী নহাগী কা হায়বা অসিদি খ্বাইনা হায়নবিবা অত্থুমঙায। ঐনা তৌগে হায়রবদা য়ামদ্রবসু খরদি ঙমগনি। অত্থবু হুজিক ঐ করিমতা তৌররোই নংবু ইচনগী পাংথক ওইনা খন্দুনা দান তৌরম্মগে--নহাক্কী নপুক্তি লেপ্লেদনা, তাইবুঙোগী রাদি ঐনা হংবা ঙমজদে। (ঙাইহাক তুম্মিন্না লৈবা) অং

ভাব আরে—ব্রা ঙাংদ্রবদি য়ারে হায়বা খংলে শে বিনো-দিনী, ইবুংগী ইবেম্মা, নহাকপু ওসিগী হুমিৎ অসিদগী ইচলগা পাংথক নিংদুনা কুঞ্জকিশোর কৌবা নীপা অসিগী মক্কমদা ঐনা দান তৌরবনি। হুপী নীপা পানরগী নিয়ম ক্বায়দনা প্পাল্লুকো (শেখরদা ওনশিন্দুনা), তাইবুংগো ঐখোয় চচ্চরগে। অসি মঙ্গায় ঐনা তৌজগদবনি।

শে—ইবুঙো, ইয়াম্বা ভক্তি অমতা কচ্চগে। ('মফিংশেম')

গৌ—ঐনা তৌজগদবনি (গৌঃ শেখরদা দণ্ডবৎ তৌবা) ঐখোয়দি হঙ্গরগে। ইবোতোম্বী চংলসি—ফনা ইকাইব থবক্লি হায়।

ইবো—ঙাইখোদা ইলায় লায়না থাবা য়াব্রনে?

গৌ—শ্যাংথরগা হেন্না চোপ্পা নংলগনি।

(কোন্দুনা অনিমকনোকমিনবা)

শে করিনো ইবুঙো কলা, ওসিগী অসিবু মঙলা তায়বংলা—করিনো নীপামচা অসিনা তৌরম্মীবা অসিদে ঐখোয় দ পুমসি সিরেদনা কুঞ্জ! চঙেঙা চঙেংগা!! নঙ ঐগী জ্ঞান অসিদি করিস্থ লৈতবা অঙাং অসিনা হেনথ্রেদো। অসুপ কুইবা নগোন্দা ব্রা অমত্তা হায়দবনি—অদুবু ওসিদি নহাক্কী নরমচংকী মথক্তা ইয়াম্বগী হুংঙাইতবা থরদং পোকই। মতুং অসি ভাব তান চংলুকো। লাইরৈবাক্তা লৈথ্রবা ইপা ইমাশিং-না করি হায়না য়েংলিগদগে ব্রারৌগত্রা ইমা পোক্তবী অতুনা মচাগী হৌনবী নিংথিনা তৌবিদ্রে—ইমা ইবেম্মা ঐগী দোষ

লৈরম্মবদি ঙাকপিয়কো' কৃষ্ণ কৃষ্ণ··· ··· ইবুঙো! থবক পুন্নমক হয়েং নোংঙাল্লগা তৌরবশি ইয়াম্বা হল্লগে।
মরিশুবা মতাং লোইবা।

# মঙাশুবা মতাঙ

## ১বা উৎপা বিধুমুখিগী য়ুম মাঙ্গোল

অয়ুক

বিধু—(ফি কোত্তুনা লৈবা ঙাইহাক লৈরগা) নপায়ানিমচা, অসুপ ?রাবা থবক তৌবা হৌনদেদা অহনবা অমা হেক লৈরগা লোইরেদা হাই। (ইমুংদা চংখিবা হারমনি পুদুনা থোরকপা) ইশৈ শক্তুনা থরায় তুংঙাইনদুম লৈথোক্কে ঙসি শিনি হয়েং শিনি খঙদ্রবা মতম অসিদবু—
(কুপ্ত লোম্না তুংলোমদা তারম্বা)

ইশৈ—

ঙায়য়ু মপুগী থৌদা
হল্লোই কনাসু নীংবা কায়না।
শিঙেল লোঞ্জিনবা হৈরাং লোঞ্জানবা
পোলোইহনগনী তেংথানা।
অঙোংনরগা তাংজ ফিরুক খুম্নবী
চেজ্রেৎনরগা অতাকনরকপী
কোলোয় "লুংশি" কনানা হোৎনফনো?

(হারমনি মথক্তা থুনিং শৌতুনা মচুবা মেত্তুনা ৱাখল তৌবা)

কুঞ্জঃ—লোইরবরা ?

বিধুঃ—(খংতুনা হারমমি ইন্থোকপা ফি অমুক ফোংপা)

কুঞ্জঃ—করিনো থুমদবা অসিবে৷ (বিধুঃগী মনাক্তা চংশিন্দুনা ফম্বা) শাউরিবর ? ওন্থোক্না চৌং লেন্না ফি ফোংলেদা হারমনিনে করিনে।

বিধুঃ -(ফি ফোংনা ২ কনাবু শাউরুগনগে ? ঐখোয়না শাউবা ওম্বা মী কনাসু লৈজদেয়ে।

কুঃ—এঃ ৱাতাসিদে ! অতুদি করিগীনিনা থুমদ্রিবদে ?

বিঃ—তাজদেয়ে…

কুঃ—এ এ ফি ফোংপদা তাদ্রবা ?

বিঃ—পুক্নিং চঙদবা—

কুঃ—ফি ককাতু ফোংপিতুন' (য়েংতুম পায়বা মখুৎ ফাবা)

বিঃ—ফি ফোল্রবদি করি শেংকনি লুংবৌনা অহনবা লৈননবা লৈজদেয়ে, লৈবিনবসু লৈজদেয়ে।

কুঃ—বাদ অসিদে।

বিঃ—করি থবক্নীনো ?

কুঃ —অমুক নৌথবিরকএনা—ইয়ুমদা লাকপনে ।

বিঃ—হরে, আ—হায়ো - নোক্তুম নোকখিগে— করি থোকই হায়দনা হায়জবা শারিবনো.

কুঃ -হুম (শকফম হঞ্জিন্দুনা) বিধু নহাক্নী অসিদা চৎলগা থরা তুংঙাইগব্রা হায়দনা লাকপনি। নংগী মতৌ অসিদা অহোইনা খোয়দৌ শাউগৎকদৌরি।

বিঃ—করিগী খোয়দৌ শাউগৎপিরিবনো—চাকলুক চিংশিন্দুনা চারবমক্তদস্থ শাউগৎপা কৌরিবোইকো?

কুঃ—ঐনা তৌরিবসি নহাকস্থ তৌহৈদে হায়বা লৈতে—ঐ অসিবু য়াম্না নুংঙাইনা থল্লিবোয়রেকো।

বিঃ হোয় মুস্নাল চাত্রবদি করিবুদি নুংঙাইগদগে মীগী মখয়াত্তগী মুন্দুনা চাবম্না লোয়বা য়াবা নত্তে—য়েঙ্গাং হাউবগী ওইরি-রোইনে—চাক য়েঙ্গাং হায়বা অসিদি থল্লাই নুংঙাইরগা ইহাউ হেক হাউবনে।

কুঃ—করম্না থকই।

বিঃ—মীয়াম শম্নজবদগী মাসিমাদি য়াম্না মুন্না থংজেয়ে।

কুঃ—অং হায়ু হায়ু তাসি।

বিঃ—নত্তে মরন কনা লৈদুনস্থ মশক ফনা কজত্নস্থ তৃথী রায়োং চাত্রবদি নুংঙাইবা হৌনদে, ইবেম্মা অদুগী হাক্তকী নত্রদো?

কুঃ—নকদি কৈদগী তারিবা?

বিঃ—নত্তে ইনা পাল্লি—ইমিৎ পাল্লি—উইয়ে—তাইয়ে—

কুঃ—মুপী অসি লৌর্ভৈদগী ঐখোয়গী তাইবুংো অদু মপুক্লিং হরাও হরাও তৌবা উখিদ্রে। তাইবুঙোগীদমক তৌবা য়াবা সেবা অসি কন নীংথিনা তৌহল্লি—অদুবু খোইনা নুংঙাইবা উদে। হুজিক্তি অইবুঙো অদু ইমাখোয় পাবুংগী উৎসব চংকনি হায়রুনা বৃন্দবন চৎথিবা অসি মগানি, ঙুখরে ঐনা থর্মদা হকী তাইবুঙোগী খোঙচৎ অসি প্লাক প্লাক হল্লকনি হায়বা থাজত্রে। যান চাং শেল থুম, চে-খুং পুম্নমক কুপ্পা

শিন্নবম্মী। মন্নং অসিনা বিনোদিনীগী মরম অসি খরা যাওমাল্লে হাযদনা যান্না চিংনরে। মী অতোপ্পদি তবাইথোক ওইরদুনা ঐথোয়গী তাইবুঙোগী মমাংদা ঐদি শোঙ অসি থাংবা মতম্রবনি মাসিদস্মু নত্তে ব্রা য়াম্না লৈরি বিধু।

বিধু—তাইবুঙো অহম্না তৌবনা চুমগনি ঐখোয অসি ওক্পবদা, ইকাইদনা হাযববদা মমীং চংলিবনি নীপা হায়বা জাং অসি ঐখোযনা উশিংপা লৈতবনি অতুবু তাইবুঙে অসি উবদা ইগায অসি ইচপমুক ঙাঙতুনা শোঙ থাংবা থোক্তে। মসিদা বিনোদিনীখোযগী শাজং অতুকাদি হৈনবা হৌনদ্রে। কবি ব্রানোনে পানবিবা নীপাবু হুন্দোক্তুনা লাকপা ঙম্মিবা মুপীবু কৈদগী থা থাদি ওইগদগে।

কুঃ মীনা ঙাংনবগা তাইবুঙোনা হন্দক চংখিবা অসিগা য়াম্না চূনরে।

বিঃ—মীনবু ঙাংনরবদি খবদি শোয়দনা চুম্মবনি মুপী অতু মমিং যাম্মল্লি, তাইবুঙোখোয়না হৈনবা জাং নত্তে।

কুঃ—মশানদি লাই তীন শোল্লদুনা মহায়দো—অতুদা—

বিঃ—কনানবু হূরাল্লি হূরাল্লি হায়দুনা ইতিং তিংনা য়াবা য়াওবগে—ঐথোয় মুপী মশেল অসিদি মগুণ খঙনরবনি—মহৈ মহৈ খমন তৌনবদা মৈরিক্তগী 'মজাও ওল্লিবনি অতুনা ঐথোয়দি ব্রা অসি কয়া ঙাঙজনিংদে। ঐথোয়দি ইতিক ইপা চাদবা মফমদদি করিমতা থুকপিদে। কম্রক্তুনা হায়বোই নিংবিন্থ—

ঐগী ইতিক চাদে হায়বা য়াম্না মুম্না খঙজৈকো অমত্তু ঐগুম্না মীদি লৈরোইদবনি।

বু:- হুম ঐ চৎলগে। ঙসিদি লুপা যাম্না য়াওজে

( লুপা খরা থাদরম্মগা চৎখিবা )

বি: – তস্‌ মন্না হুন্নেদে', শিংলবদি ইব্রাৎ ৱাত্তবোইরে।

## ২বা উৎপা

### লম্বী ( হুমিদাংৱাই )

( ইবোতোম্বী, কেশো )

কে: – ইবোতোম্বী, ঙসিদি গৌরোখোয়দা কোয়খোকউশি মাসি মথৱাই কয়া হুঙাইত্রি। ৱা য়াম্না ঙাংখিদ্রে ফাগী জুগাই তোখিদ্রে—কুম্মৈ ফিয়োং য়েংখিদ্রে। মপুক অসি খরা থেম-জিন্দ্রবদি মাসি করিনো অমা তৌগদৌরি।

ইবো: – অং মাসি খুত্তা অমা তৌরি। মাসি ইপঙ পঙবোই নীঙম্মী—কনবু শিংলম্মেনে—ৱা ঙাঙবদা নাতে হোজ্রে হায়-বনি। হায়, ইন্দোল তোনশীজ অসি লাকই হাই। তোনশীজ লাকপা, এঃ কদোমদগীনো ইন্দোল!

তোন:—ইবুঙোখোয়দি কদোম কদোমদগীনো ইন্দোল থবক অমতা চচ্চরুই।

ইবো:— নত্তে ইন্দোল হন্দকপু লুপা কয়া ফংবিহৌবগে?

তোন: – করিগী লুপানো ইবুঙো?

ইবোঃ - ইন্দোলস্তু ভাব তাবিখিত্রেদা--কুঞ্জদা বিনোদিনী থাঙদোক-
পগী হায়বনে।

কেঃ—(য়াম্না থুনা) হৈরা করি তৌনবা—

তোঃ - হঃ করি হ্রানো ইবুঙো, ওস্থোকপা হ্রাবু ইন্দোলদা হায়বিদা!
ইন্দোল অদুগুম্বা মী নত্তে হে সৈত্য বিনোনা কুঞ্জগী ময়ুমদা
চংখিঙেদগী হুজিক ফাওবা ঐ মখোয়দা খোংদারুত্রি। মীগী
মমাংদা মায় অসি হায়গংপা শমগ্রবনি। অা দগী ইবুঙো-
খোয় লৈ হায়বা উবদগী মিহুন শুদতুনা লাক্লবনি। ইবুঙো
ইন্দোন্দি লাইবক য়াম্না থীরবিনিদো।

কেঃ—ইন্দোল হ্রারৌবিগন্থ (ইবোতোম্বীদা ওনশিন্দুনা) ইবোতোম্বী
হায়বা অসিনা হেক নীংবদা কোক কোক হায়বী অসিদা
ওস্থোক্লা সুংঙাইখিত্রে—ইন্দোল হ্রারৌবিগন্থ। মাগী মহৌ-
শানি—মাগীদি নীঙঙ কপাদা হেক হায়বী অসিনি। তৌবদি
হম্বক্কী থবক অসি কয়াদি ফজদবনিনা, অদুবু কনানবু
অসি থোকহল্লিংগবনো?

তোঃ—য়াম্না চুমই হায়কম থোকপমক্কি। অদুবু হম্বক্কী থবক অসিদা
ইন্দোল থজিক্তা খঙবা লৈরবদি সুংঙাইবা ফংলোইকো।

কেঃ—এ এ-ইন্দোল করিগীবু……

ইবোঃ—(শোস্থাংননা) লৈথোকতুনা ফঙলোইদবমক্কি।

তোনঃ—গৌরমনিগী লমন শিংতুনা লোইবা নত্তে—অদুদা বিনো
অসিনা মীওং অমা ওইনা তৌবা অসিদা ইন্দোলবু হায়কম

খোক্তে। অরেম্বগী লাইরিক তমহন্নুরে হায়বর্ত্ত য়োরবনে। হায়বা অমতা লৌথিগে। শা'ডাগী লিচং তৌগ্রে। ইন্দোল-খোয়নদি মতম অসিগী মা নত্তবনিনা চুমজিং অমত্তা মখল্লি— মখোয়দি লাইরিক হ'বনি তাকপনি হায়রগা অসিগুম্ব তৌগ দবগী র ঙাওনরম্মিবোইদে—মখোয়সু কৈদগী ইংনা পানবা য়াগদগেদা।

ই: মতম মতমগী শেম শাহুন' হায়জিনবা মাল্লিদা' ইন্দোল।

কে: হেরা মসিম—হায়জিল্লবসু হায়জিন্নবসু নংনা করি তৌগ-দগে—মনা অঙম হক তান্নহুনা, কোনবা হৈক তাল্লে। ইন্দোন গৌরবনিগা মখোয় অনি অাস মশা অমত্তা ওইনা তিম্নজবন। মাহুদা মতৌব ন রারোবিন্ন

তো: শাউদে, রারোদে ইবুঙো! এনা অকুৎপদা লেপ্পা মতমনি। ইচ মরম ওকপী পোকপদগী ঐ লোইরে মীন লৈতুন্না শাহন লওনদে হায়বতা মগায়রে।

ইবো: চংলসিবা করি কান্নবনো, খোইদো শাউগংনবনি।

কে:—ইন্দোন লেওবিরো রারোবিন্ন—

তো:—ইবুঙোনা গৌরবনি ইযাদো খরা চংমজিনবিয়ু ম রাই য়ান্ন থুংডাইররিরোই। ইয় নক্তে ইচানি হায়দন থম্বনিনে।

ই: করি অমুক হায়গদৌরিবগে হে ভাব তাবা ইবুঙো তৌহৌরো ঐ চৎলগে কেৎ হান্নদোক্তুম চৎ খবা।

কে:—অহুম গাইরেনে ইন্দোন—

তোন:—ইস ইবুঙো তোম্বীসিদি শাউইদা কিব্বু কিনা' চৎথিব)

ইবো:—(অমুক হন্নকতুনা) হায় খঙলবরা। খবক অসিগী মরমদি তোনশিজ্জগা বিধুমুখিগনি। অতুনা য়েংনিংদতুনা খরা হায়গে হায়তুনা হায়বনি। য়েংঙু বিধুমুখী অ সমু অমুক্ত'দি শোয়-গদৌরিবনি। চৎসি চৎলো গৌরে উনদবা য়াদে—'চৎখিবা)।

## ৩বা থৎপা

### বিধুমুখীগী য়ুম (নুমিদাংবাই মাঙোল)

(বিধুমুখী শুকখতুনা মচুব মেঙ্না রাখল তোবা, কুঞ্জ লাকপা)

কুঞ্জ:- করিনো ইনান নাম্না শুকখতুন লৈরিবদে ?

বিধু:- কনা য়েংতুনা নুংঙাইগদগে ?

কু: -কদায়দা চৎকদৌরিবনো ফিরোন শেত্তুন লৈরিবসিবো—

বি:—খবক অমত্তা চৎকে তোবনি খরা ওল্লি হায়তুনা অস্নুম লৈরম্মিবনি।

কু:—ইবেম্মখোয়সিদি মম্মবদদা হৈনবা জাৎ ওইরে হুজিকপু ওল্লবদি, করম্বা মতমদা চৎকদৌরিবনে ?

বি:—ঐখোয়দি ইনীং তোনা পানবনিনা মম্মগা চৎনিং-চৎ ওল্লিবৈ চৎনিঙঙে-চৎ তৌজরিয়ে।

কু:—ঙসিদি বিধু ওস্নোক্না নুংঙাইখিজে—লম্বীদা কালা অহু উনববু মানা রাতা অমা অনিদং হায়ববু ঐ "তিং" লাউনা পাল্লি। ঐ য়াম্না নুংঙাইজে।

বি:—করিবু হায়রবগেনে ?

কুঃ - মানা ঐবু "ধর্ম্ম খয়া কায়রে সুংঙাইবা কংঙরোই" হায়দনা হায়রগা। ঐনা তৌরিবসিগা অসুম রাখল তৌববু চুমগৎদৌরি- মাল্লেনে। ঐ অসি গুংঙাইবা করিমতা লৈখিল্লে।

বিধুঃ—অ' তৌররিনি য়োং নারদহু মানা হেক ইশা নাইশাহুনা অমগী পাউ অমদা অমগীনা অমদা অসুম তৌহুনা ইওৎ ওৎথায়রবনে ঐখোয়দদি মাহু চৎপা য়াবা নত্তবনিনা ময়া কুমহুনা তোকগ্রবনি। তাইবংপানগী হীগায়রা হায়বা জাৎ অহুমখৈ মানা পায়হুনা লৈরবনে।

কুঃ—পঙহায়সু হায়গন্নদা বিধু। নঙ-মী পুন্নমক অসি নঙনা ফজনা হায়ব লৈতে হায়নরকলে।

বিঃ—ইহে করিনো অসিবো, তৌদবসু হায়বরা তাইবুঙো অহলবু ঐনা ওক্তে, কত্তে হায়বা য়াবা রায়া হায়বনে?

কু. —অদুবু মহাক্তি ঐগা মহা য়োনা লুনা তৌনরিবা মরূপ অমনি হায়বনে।

বিঃ— মাহুতনা হাৎলগদবনি। থাজবা মীতনা হাৎলগদবনি। অদুগী মথক্তা য়ুমগী নীপানা অহু য়োনা ওক্ত্রবদা য়ুমগী চুপী ওকপা হৌনদে। মাসি চুপী মশেন ঐখোয় য়াম্না য়ুম্না খঙনারিবনি। মাসিমসু খোয়রাংবগী মরম অমা ওইগদবনি।

কুঃ— মাদি মীওং অমনি নঙনা ফনা হন্দুনসু তাবা য়াবা খোক্রোইদা ঐনা থাজবদি ঐনা ওক্ত্রবনিনা য়ুমগী চুপীসু ওকপা হৌনদে হায়বা অসিদি থুক লাউবা অমা পোকই।

বিঃ—ঐনা হায়বা অসিনবু হেক শোয়রবদি ইঙকসে থাংনা তুবং হেক ককচৌ। অঙনা ইংনা পানগে হায়রবদি ঐখোয়-দমু লাকপীগনু হায়ররিবাসনি।

য়েংউদো বিনোদিনী হায়বী য়াম্ন পাম্না লৌজরিবদো মর্মগন্দা চৈ হেক থাংনে হংবদা মানবু কারন হেক তৌরমদ্রবদি তুপী ঐখোয়না হায়ববু শেয়রবদি বেরা লৈতব কালা মহাক হাযয়ে -

কুঃ—নংগী রা অসি ঐন পুণাংবা ওম্বা পোক্তে ঙসিদি ঐ চ লগে। হকচাং অসিমু কয়া ওমদে।

(থোক খবা)

বিঃ—শাজং হৈবাযু (ইমুংদা চংখিত্নমা মিংশেন লৌরুবগা য়েংবা লৈসু থেংচিনবা ইস পেৎবু থেঙখ্রেনে মসিন দ চাবা থুংবা নত্রে খরা পোক থাক তৌদবা য়াদ্রে (মিংশেন থমজনবা জয় কৃষ্ণ! হেদোং—হায় কদায়দগী হৌদোংনেংনে, চৎলম খোংলমদাইদা -(থোকখিবা)

## ৪বা ভাগ

গৌবমনিগী ইংখোল' তুমিদা'রাই'

গে রঙনি মক লকখতুমা লাকৌ লাখৌ চংপা অমুকমু লৈপ্লা

(বিধুমুখি লাকপা)

বিধুঃ—ইবুঙো! তাবিরিব্রা 'ওবুঙো'!

গৌঃ—(থংয়েং য়েংথোকয়কপা)" এ ইচে'!

বি—ব্না অমতা ভাওনগে হায়দুনা লাকইবনিনে—ইনম্মা লৈত্রা ?

গৌ—করি ব্রানো ইচে? ইমাদি লৈতে।—

বি—মহৌশাগী ব্রা অদুনিদনা করিগীবু ওইগদগে।

গৌ—অদুগী ওইরবদি হনবিরো, ওকচরে।

বি—ইঃ করি ব্রানে ইবুঙো ব্রা মখা ইতা তাদনা থবং হেক মককৃপা অসিবো—চৎপু দি. ইবুঙোনা তাম্রবস্থ চৎচখিগনি।

গৌঃ—মহৌশাগী হায়ববু বিনোদিনীগী ব্রানত্রনে?

বিঃ—মাল্লিনে।

গৌঃ তো—অদুনা হায়বা ব্রানে মাদুদি ইচেস্থ ওক্লবা লোম্ব্রে ঐঙোন্দস্থ নৈব হৌনবমখৈ নৈরম্মে। ঐহাক মমাঙৈগী গৌরমনি ন'ত্রে য়াম্না ভাব তাজরে, মা সিদ হেক মথঙবিরো।

বিঃ ইচেম্না হায়বদি অস্থুম হায়বনে—ব্রাদবু সেগা মাইগা ভাব তানা ভাঙনরব দ ইচেম্না লাল্লবস্থ লাল্লে হায়গনি। অদুবু ভাব ইতা তাম্নদনা লুতোন লাক্তুন হেক হায়বগুম তৌবা য়োং হুই তানবগুম তৌবদি করি মতো কৌবগে?

গৌঃ—ইচে, খোয়না হায়বা তাবদগী গৌরমনিনা অসি য়োম্প্রিং-বনি। মাদু নম্রবদি কৈদগী··· ···

বিঃ—ইশে ইবুঙো হুপীগী পুকচেল অসিদি লেপ্পা লৈতবনে।

গৌঃ-অরেপ্পা লৈতবা অদুনবু তাজনিংদে হায়বনি ঐদি থোওই-নবু পামজদবনি-অদুদা ইচেখোয়না লোইশিনবিদুনা ঐদি মৈতৈ লৈবাক অসি শাৎনা ইমিং অসি ব্রারীনরবনি।

বিঃ—ইবুঙো বিনোদিনী অসি ভাব তারক্লদুনা য়াম্না নীঙমদবা

ব্রাতাও শগাং তৌরে। মসি ইবুঙোগী রা মঙায়রে। মসিদা ইবুঙোগী আশা খরদংদবু লৈরবদি ইচেম শীনগে কায়দনবা মানা হন্দক তৌবসি লাকচমল্লি ইচেমখোয় য়াওনা খুংঙাইতে।

গৌঃ—ইচে ঐ য়াম্না শিংলে ভাব য়াম্না তারে। ইচেনা ঙাঙবা তারগা অচাকপা মৈদা ঘী হৈজিনবা অত্থু মগায়রে অপঙবা অমা থিʼবিরুকো। বিনোʼদিনী মরাল লৈতে থিজিল্লুরবদি।

বিঃ—ইচেম্না শেমজবা চারনি। মহৈ চাহন্নিংঙনা তৌবনি—খম্ং-ছনা অমুক্তদি য়েংউ। তুংদা নীংঙমওইদা।

গৌঃ—পীক্লবস্থ চাউরবস্থ ঐহাক নীপানি হাযবা অসিমতং ইচে, য়াম্না মুম্না খঙবিয়ু। মাশিমঙাই ঐনা হায়জগদবা।

বিঃ—করিনো ব্রাঙাও অসিদে নীপানি য়ৈগে হায়রিবরনে মাতুস্থ কৈদগী পঙয়া য়াগদগেদো।

গৌঃ -য়ৈগে হায়রবদি ঙসাইনা য়ৈগদবনি। কান্নদে চৎপীরো ইচে নচা নরা পান্দবগী ব্রাঙাং অত্থু ঐঙোন্দা তৌবিনথু—করি নওবগী ইচিল ইপুব্রা খোন য়াম্না কয়েনরকপা তারে।

বিঃ ইবুঙোদনা কায়জবনি, ইচেমদি করিস্থু কায়দেনা ব্রাঙাও অত্থবু ইচেদি হায়রগা, ঙাওবা হৌনবরা ?

গৌঃ—ইচেনা লাকইববু অমুক ঝুট মুট তৌদুনা শেল লৌথোক্কে নত্রদো! ঐখোয়দি খাজঞবদি অত্থম মথাজরে - খাজখি-ত্রবদি শিবা ফাওবা থাজরোইদবনি। ইচে, নঙ অসিদি ওহোক্লা ঙমথ্রে হায়বনি। ইপাম পামদবা ঐবুস্থ পামহল্লে

লৌহল্লে—খায়নহল্লে, ময়াম্বা মচিন মনাও অমতা তিন্নবা য়াহন্দ্রে—মীগী মপুক কয়া কয়া শোকহল্লে। অদুননিনে নচা নব্বা লৈতহ্না লমশাগী য়ুম্বান পাল্লিবদো মসি হায়রবদি শেংলরিগনি ?

বিঃ—ইঃ করিনো লৈবাক পুন্নমক্কী দোষ ঐঙোন্দা থোনজিলবিরেন ব্রাংলি খরস্থ হায়খোনে কুজিক অসিদি কননবা তৌবসি হূ ওইরবোইরে। মানা মানা তৌজবনা মানা মানা ফংজবনি অদুগা শবম কত্তে হায়জিল্লগা য়াগনি হায়হ্না পঙহায় মহায়জিনবসিবু করিগী ধর্ম্মনোনে।

গৌঃ—চৎপীরো ইচে ইবেম্মা। শকতূ উরগা খোয়দৌ য়াওকম ওম্বোক্না শাউগৎলি বা য়াম্না হায়নিংলক্লুদোরে।

বিঃ—(শোম্বাংননা) মরাম্না মপোৎ ফারহ্না তৌবনি হায়বদি খঙব্রহ্না ... ...

গৌঃ—অস্থম অস্থম মখঙঙক্কনি—য়েংবা কল্লু কুম্মৈদি য়াম্না কক্সগদৌরিবনি য়েংবা নংত্রা নংদত্রা অদুদবু খঙত্রি।

বিঃ—(খর খর চৎনা) মপঙদি পঙজরগা নবেম্মা ঐনা তৌবা ঙাক্কনি—করি তৌজরনি ... ...

গৌঃ—কমদৌবা ইচে, নংনা হায়রবো ?

বিঃ—হায়জদে ইবুঙো নঙগা মাগা মচোং মপাক ইনাই নায়ব্রহ্না (চৎখিবা)

গৌঃ—মীনা শিবদি অমুক্কনি (মখদাং চিকতুনা লৈহৌবা) (গৌরমনি ইশৈ অমা তাবগুম তৌবা মনাকোং থাঙ্গহ্না তাবা

মরক মরক্তা অরাবা মীনোক নোকপা- হায়রং হায়রং ঙাইহাক চৎপা মখদাং চীকপা)

(অরা-বাখল)

ইশৈ (অরাম্বদগী)

তাংখক লৈত্রবা নোংমদোন্দা
মথেল ফারবা থাজনা
নুংমকী সুর্য্যদেবগী খুদং লীরক্লি
নামিবা নুংশিৎনসু থোগলরি
ঙরী ঙপাল অপুম্বনা
নাপচীক্লা ৱারি শাবদগী
ইক্মাই নুংশি য়াম্নত্রুনা
অমগা অমগা হম্দোক্লরি।
হৈখোও লৈখোও, চংলগা
লৈরাং থেক্লা নোকপা উরগা
কনানে নুংশা মপী হোল্লিবা
নংগী নুংঙাইবা থুংদবরা ?

## মো উৎপা

বিধুগী যুম (অথেওবা অহিং)

নীপা অমাঃ— বিধু, বিধুমুখি - তারিবরানহায়—মসিবু করিনো থোও হাঙওুনে।

বিধুঃ—(মঙ্গুংদগী) কনানো ?

নীপাঃ—ঐ নিনে।

বিঃ—ঐ হায়ববু কনানো ?

নীপা—হেরা মাসিমা—খোংবু হা'খোনে—

বিধুঃ—এঃ করিগীনোনে অস্তুপ খেঙবদা খোঙনা খজিক্ত কাখো-
ক্তুনা য়েংবদা নমংক্তুনা চ লকপা হায়মা ইমা ইমা!!

নীপাঃ—নংগী মুমিং ঙসি লোইরবনি

বিঃ—মী হাংলে মী হাংলে

নীপাঃ—(অস্মবদা) নঙনা তৌজবা নরালগী প্রশ্চিত পীরবনি
অমস্থ ব্লাংলি।

লৈকাই মীঃ—কদোমদনো অসোমদা ওইনা তাই হায় ইস থাঙনা
য়াল্লমমবোইনা বিধু! বিধু!! কাম্নদ ইচিন ইনাওশা চৌ-
কিদার অমুক্তা থুনা কৌরুব (খরা চেনথিবা খরা লৈহৌবা)
মমিং তাঙবা নীপা অমা অঙাং অমনা শমতুনা ইশৈ শক
শক্তুনা লাকপা (পাখং অমা য়াম্না মুম্না তাবা)—
ঈশৈ—অঙকপানি তাইবংপানসে।

তমনিঙাই লৈতে অসিনি হায়বা
চংলিবা মীগী ফজবা,
লৈতে তাইবং মাল দা
ঙরাংদা তদেক লৈরম্বা
ঙসি তাইবং চিঙ্গাক লোমখ্রে।
খঙন খঙন খঙনত্রি

উন উন উনদ্রি
অরেপ্পা লৈত্রবা তাইবংপান
চৎলি নোংম নোংমগী।
অসিগুম্ব তাইবংদা
নত্তবা লমচৎ চ'লবা
নত্তবা থবক তৌবনা
পেন্নবা মীশি শিগনি
কৃষ্ণা! কৃষ্ণ!! কৃষ্ণ!!!

পাখং:—ক'রনো খুরা য়াম্না রাবা মতৌ তৌববো?

চাকনীব: হা ইবুঙে স'সার অসিদা মিনম শোরি তৌরিবা অ'সি তারে হায়রগা ইমিৎসু উত্রবা ঐবু করি তম্মীগবা হায়দনা অসুম মুংনাংলিবনি।

পাখং:—চু ম্ম খুরা রাফম থোকই—লুপা অসিমতং খুরাগী করি করি লৈতুনা চাওকো (লুপা পীবা হোন্দাক্তুনা চৎকে তৌবা)

চাক:—মঙ্গল ওইযু ইবুঙো। নিতুনা হিংবা ঐখোয়দি চানবিবা খরা নত্তনদি করি গতি লৈগদগে। মখোয় অদু লৈতবদা চরা অতুম হেল্লবনি।

পা:—কনা লৈতবা য়াওবগেনে—

চাক:—ইবুঙো নঙবু কদাইদগীদো—ঙসি অহিং বিধুমূখি হায়বী অদু থাঙনা য়াম্লম্মে হায়তুনা অমুক্তোইনা রা—রা লাউরবনি নহাক্তি তাদ্রিবোরেদো।

পা:—করম্না করম্না খুরা?

চাক:— অকুপ্পা মরোম্দি তারক্তে —মাগী ইংখোল অদু মীনা ব্রা-ব্রা লাউদ্ধনা লৈহৌরি—ইবুঙো চংসি চিঙঙু (চংখিবা) (ইবো-তোম্বী লাকপা)।

পা:—ইবুঙো ব্রা অমতা হংগেবা ?

ইবো:—করি ওইরবনো ?

পা:—মী হাংনৈককা হায়বসিবো তাবিরমব্রা ?

ইবো:—হোয় ঐ মফম অদুদগীনি। বিধুমুখী হায়বী মোইরাংথেম নিঙোল অদুনি।

পা:—হাংলম্বা অদুদি কনানি হায়বগে ?

ইবো: হুজিক্তি খংনদ্রি থানাগী বাবুশিংনা য়াম্না কন্না খিনরি। মাগা মরি লৈনবা মী মখৈ মথং মথং ফাহৌরি।

পা:—হাংলম্মিববু কদাইদনে ?

ইবো:—মাগী ইমু দা ইমুং ফমাংদনে।

পা:—অদুবু যুমলোন কৈরোম্নবা অদুবু ইতা মতাদবা জাংলা মী অমা হাংপবু তরাই তকোক হাংকদগেনে।

ইবো:—তাদনবু করি তৌগনি চেনশিন্নকই মাঙখিবা হান্নে হায় মুপীনিস্থ হায়বগুম তৌ—মথন্তা তৌজবনিস্থ হায়বগুম তৌ। ইচাই হেক চাইরিয়ে। হোয় ইবুঙো মথন্ত-ককা তৌজরম্বস্থ য়ারিয়ে—অদু ওই-র-ব-স্থ থাওদি লৈরমব্রা ইবুঙো?

ইবো:—লৈরমদে—

পা:—অদু ওইরবদি মী অমনা তৌবা তাই অদুদা করম্নস্থ থোও হাংদোকলু রবনো মথন্তা লৈবরা ?

ইবোঃ— মথন্তা মরৈ। ঋনামতা লৈমিন্নবা য়াবা মীতা নত্তে। শিবদি শিখ্রে মহা লমশানে। অতুনা মাগী ইমুং অতুদি চথোক চৎশিন অসিদি বেরা লৈতে অতুগী অতু, মঙাইবা পোংনি। মাগী চেং লোইরতুনা তৌরিবনি।

পাঃ—অং মীতা জাং অমা ওইরে।

ইবোঃ—খ্বাইনস্থ কযা য়েংনিংদে চংগদবস্থ করি হায়গদগে হায়বসিগী য়াম্না চিংনবা জাংনি শিরে হায়বা অংদা তুরু চংনবনি—মাগী মন্নুম অসিদা নিংথি নুং াইবা মীনা চঙবা য়াবা নত্তে।

(অনিমক চ খিব)

## ৭বা ভৈৎপা

কুঞ্জগী য়ুম (মুমিদাংবাই) ইমুং

(হিঁদান্দা মখোং য়াম্থতুনা মোন্দা থুনিং শৌতুনা মথদাং মেরুনা রাখল তৌব।)

কুঞ্জঃ—হায় বিনোদিনী মামদে? মামা লৈহ্রৌই হায়রা।

বিনোঃ—থিঁগনি হায়দনা চৎখিবদাই, উনদ্রা?

কুঞ্জঃ—অঙা মু নত্তনা ঐবুদ্ধি করিগী থিবা চৎলিবা।

বিনোঃ—মীনা কনা কানি পঙতাং ঙাঙনৈ, মুংশা থীতুনা তৌবনি।

কুঃ—নখোয় অসি নচীন থিগ্রেদকো নখোয়গী হাজকীনি থোকলিবা শিংসে! (চৌকিদা ফমতুনা ফুরিংককা লৌথোকপা)

বিঃ করিনো হন্দক মরক অসি রা অমতা নেংনা তানা ঙাওনবা য়াত্রবশিবো।

কুঃ - নও ঐঙোন্দা রা য়াম্না পাঙগনু—খোয়দৌ শাউগৎলি।

বিঃ— ঐনা করি তৌরদুনা, করিনোনে হায়রিসিবো ?

কুঃ —চারু চাক লাম্বনে চবেৎ চবেৎ ঙাওগন্ন ঐগী মচিং লাক্কুনা নঙ ঙসি চোপকনি—

বিঃ— চাক চারগা নিংথিনা থাংনসি চাক লাম্বদুনা ভাব ইতা তাত্রমাল্লে।

কুঃ—(থংশাউ শাউদুনা) হায় মীহাৎপী তুমিন লৈয়ু।

বিঃ এঃ ঐনা কনা হাৎলংনা ?

কুঃ—নহাক্কী নত্রা শিনরিবসে লৈবাক পুন্নমক্না রা রা লাউরবদ মানা ইখঙ খঙশিন্নদব শারিয়ে—

বিঃ এঃ বিধুমুখী শিবগী মলোম ঐঙোন্দা থম্বীরিবোইরে ঐদি করিসু হায়দেনা খোকপা তৌসনু হাযদবা পঙখাঙ খাঙলিবসিনি অমনা পুক মাংলগা মী পুন্নমক মাংনা খল্লবোইরে।

কুঃ—ঐবু পুক মাংই হায়বদি নপানা হায়ব্রা লরায় মচা অসিদে।

বিঃ—ইঃ করিনো করি রানি হায়বগে মাদুদে ইশা ওক্কবা ইশা চৈগে হায়বদি চৈবিয়ু মীগী মপা মপু পন্না চৈবদি তৌবিনু জ্ঞান লৈবা মতৌ তৌবিয়ু—

কুঃ—হি লগায় মচা অসিদে, মানা ঐঙোন্দা অমুক থৌগল্লোন তাকলিয়ে—অদুদি লরায়মচা, লরায়মচা করি তৌজরনি লমশা অসিদে—

বিঃ—অঃ হে বিধি গুণ্ডাইয়ু তমম্রবো ইদকো। ইস পুকচেল পীকপা ওম্থোকপনিদা!

কুঃ—হায়রিবগে হায় লমচৎ নাইন্দবী নহাকপক্লীদমক্কি ইচাই চাষ্টরিবসে—পানরিবা নীপা থাদোকতূনা অহিংদা চেল্লকপা শাগী লমচৎলা?

বিঃ—অচ্চা তূকচৈদা। মাতম হাযবা তৌনদ। লৈবাক মচা মীবক তিনবা মীনা অদুগুম্বা খোন্দা ঙাঙবা তৌনদে। ফজাত্র হাযতুনা ঐদা লমহেনবা তাবা তাবে হাযত্তনা খাঙবনি। স্নপী ঐগী কবি রাংকনি ঐগী ইশাদা অমকপা অমত্তা লৈরোইদবনি মী পুন্নমক পকচেল মাংবগুম মাংগদবগুম নীংত্তনা কারন তূরন হায়জিন্দুনা অমত্তা তিন্নবা য়াদ্রে। মতুং অসিদা মাতুগুম্বা রা অত্ত অমুক তাহনবিগন্ন। স্নপী ঐদি মাত্ত্বকা য়াবা জাং নত্তে।

কুঃ—হি-ই মসি পুন্নমক অসি নঙনা শা-ওই ঙা-ওই তৌবদগী থোকইবনি নত্রাউ?

বিঃ—অহাইয়ো! লমচৎ নাইদবী থর সঙ্গ তৌরগা ইবুঙো ইবেম্মগী রাঙাঙদি তৌদনা! করি থোকই হায়দনা ঙাঙজবা শান্নিবনো, য়াই য়াদে ইখঙ খঙদনা!!!

কুঃ—(চোংশিল্লক্তুনা) করি হায়বা (মখুজেং পায়বা)

বিনোঃ—(বিনো মখুং হায়দোক্তুনা) পায়বিরকন্নদা।

কুঃ—মচিন অসি ওম্থোক্লা থীত্রেদা (মচিন্দা কিম্না নম্বা)

বিঃ—ইস-ইমা, করিনো ঐনা তৌরিবসিবো।

কুঃ—নমানা করি তৌরনি (হন্দোক্‌না) নমানা নপানা ৱারক্ত-
বদগী অসি থোকইবা নত্রা।

বিঃ—হোয়নে ইবুঙো (কপ্পা কপ্পা) ঐখোয়দি ইপানা ইমানা ৱার-
ক্তেনে ৱারকপা ইবুঙোদি ফজরেনে—

কুঃ য়্যঃ য়্যা কপ লাক্তনস্ত তৌবশারিয়ে নশমদো খুদাংদা
য়েত্তনা হায়গদবনি মপুক অসিদা শেঙঙ শেঙঙ হায়বসি
য়াব ইলৈ লৈতে—খুমিং চুপ্পা লৌথুপ লৌকোই তৌরন্থনা
মীনম শোরি তৌবগী মওংতদা মরিবা নীপা অমতা চংপা
য়াবা নত্তে মমিং মনা ইথক হেক থক্লন্থনা করিনোনে কদায়-
দগী পাইশিল্লকখবনোনে ওন্থোক্লা মমায় পানথিত্রে -ফনস্ত
মীনা মহায়রে ইকাইস্ত নাইদে ময়ুন চংলো হায়বস্ত য়াদে
অস্তক মমায় পান্দবা অসিবো, ইমানা পোকপদগী উরক্তি।

বিনোঃ—হায়রো হায়রো চিন পেম্নব। হায়রো। মীনা তৌদে ওইদবা
লাক্তনি হায়রবদি হেক মতোকদবা··· ···

কুঃ—নঙনা হায়রগবু হেক ময়ারবরনে?

বিঃ—য়াদ্রবদি করি তৌগদবনো?

কুঃ—ইঃ মান ঐঙোন্দা অরো লংলিবশে!

বিঃ—নত্তে-তৌদে হায়রবমক্তদা হায়য় হায়য় তৌদে হায়য় হায়রগা
করি তৌগদৌরিবনো—হায়রিবা অসিদগী হেন্না পেম্নবা করি
হায়গদবনো করিনো অহিং তাইবং! অস্তপ ফত্তবা অসিবো।

কুঃ—নচীন্দু চুমদবা।

বিঃ—অওইবা হায়বা যাদ্রবদি তৌরেনে ঐদি লাওনাবনে তউবা

নীপ মখৈ থাজরব্রা।

কুঃ—নপা থাঙ্গে মচা মসিদা হেক লোইথোক্লগা লোইরে (য়েং ওই লেন্থনা চৈ য়েংব বিনোদিনী চেনখিবা কুঞ্জ চৈ অমা পায়তুনা তান্নখিবা।

বিনোঃ—(ইমুংদা হাংলে হাংলে হো থুবা হাংলে (বিনোদিনী তান্নরকপা কুঞ্জগা বাঙ্গাইগা য়ুময়াইদা থেংনবা)

বহ্লাইঃ—করিনো তোম্বা নঙ থাওববা!

(কুঞ্জ মন্নুংশা থবেং থবেং হোন্দুনা চপ লেপ্পা মতুংলোমদা নীপা অমা ঈ তৈবা থাঙ অমা পায়তুনা কম্না হোৎচিল্লকপা দারোগানা চিংবা ময়াম মতুংদা তান্নরকপা কহ্লাই খুনিং কাংখত্না য়েংবা নীপা অতুনা কুঞ্জদা থাঙনা য়ানগে তোবা মখুৎ অতু কহ্লাইনা ফাত্না প্রেং প্রেং লাক্লবা ময়াম চ ফুনা ফাবা।

কুঃ মামা! মামা!! (থাঙ মুন্ননবা হোংনবা সিক্কায়না হাত কোরা চনবা নীপ থাঙ য়েংলগা অরাবা মীনোক নোকপা)

নীপাঃ—(তুংশা থবেং থবেং হে ন্দুনা নঙগী থবক লোইরে। মী অমদি রাংহৌরে।

লোইরবা



